# শ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তন শৈরেং পরেং

## শ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তনাবলি

অহুমশুবা শরুক





অইবা :

শ্রীবুবাম ধনজয় সিংহ।

# শ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তনাবলি

## অহুমশুবা শরুক


ইজবাঃ

শ্রীযুম্নাম ধনঞ্জয় সিংহ

ভক্তিরসার্ণব চিংঙামথা মাইস্নাম লৈকাই ইম্ফাল।



ফংফম

১। অকোংবগী মযুম

২। করস্বতী বুক হাউস

শিংজমৈ বাজার ইম্ফাল।

৩। Writers Book House

পাওনা বাজার ইম্ফাল।

৪। মণিপুর সাহিত্যা পরিষত

পাওনা বাজার ইম্ফাল।

থোংজবাঃ
শ্রীয়ুম্নাম লোকেন্দ্র সিংহ
চিংঙামখা মাইস্নাম লৈকাই,
ইম্ফাল ।

তাং ২৮ । ৮ । ৭০ ইং

কোপি মশীং—১, ০০০

মমল লুপা ২৫/-



---

ছাপা নম্ফম :— চীং-তম প্রেস
নাওরেমথোং কৈথেল ইম্ফাল

# কচ্ছবা

শ্রীশ্রী রাসেশ্বরী শ্রীশ্রী গোবিন্দগী চরন্দা,
থমোইমুংদা অনিগী চরনবু,
চেংনা কোনজরগা,
শ্রী যুক্ত ওঝা গুরুদেবশিংনা,
তম্বিরমবা ঈশৈ খরদং,
ইমালোন্দা ইথোকচরগা কচ্ছরি।

শ্রী য়ুম্নাম ধনঞ্জয় সিংহ

# ওঝা খুরুমজরা

১। শ্রীযুক্ত সোয়াইশম ৺তোম্বা সিংহ — অধ্যাপক গুরু
২। শ্রীযুক্ত হুইদ্রোম ৺অঙৌ সিংহ — অধ্যাপক গুরু
৩। শ্রীযুক্ত পুয়াম ৺তোলেঙ্গাও সিংহ — অধ্যাপক গুরু
৪। শ্রীযুক্ত লাইশ্রম ৺গোপাল সিংহ — গায়ক গুরু
৫। শ্রীযুক্ত ঙাঙোম ৺যোগেন্দ্র সিংহ — " "
৬। শ্রীযুক্ত রাজকুমার ৺সনামচা সিংহ — " "
৭। শ্রীযুক্ত লাইময়ুম ৺লালবাবু সিংহ — " "
৮। শ্রীযুক্ত গুরুময়ুম ৺বাবুসনা শর্ম্ম " "
৯। শ্রীযুক্ত সাইখোম ৺লাবন্য সিংহ ব্রজবাসি — " "
১০। শ্রীযুক্ত গুরুভাই শ্রীনাম্বান ৺কুল সিংহ — " "

শ্রীযুক্ত ওঝা গুরু দেববু কাউজবা লৈতনা খুরুমজৈ।

শ্রীযুক্তম ধনঞ্জয় সিংহ

# ৱাহৌদোক

পামজবগী মতুংইন্না অমদি মতমগী ইমালোন্দা লকপা লোনবা চৎনরকতুনা তৌদবা য়াদবা ওইবনা মথক্তী ওঝাশিঙ্গী ঈশৈশিং অমদি ঐনা পামজবা খংজবা খরদং ইমালোন্দা ফোংজবা মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমিনা অয়াম্বা মতেং পিবিদুনা ফোংজবনি লমন তোনসিঙ্গরে। ঐগী পুক্নিংনা লৈরিমথৈদি ষ্টেট কলা একাডেমিগী থবক্তা থরাই কচ্চগনি।

অরাংপা শরুক মখোয়দি :—

১। শ্রীরাজকুমার সনাতোম্বা সিংহ — সেক্রেটারী ওঝা

২। শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ — পদ্মশ্রী

৩। শ্রীচনম হেমচন্দ্র খাবা সিংহ প্রেস মেনজর—চাং-তম প্রেস

ভদ্রলোক অহুমসিনা অরাংপা শেল মথৌ পুথোক্পিদুনা অরাবা শরুক য়াবিদুনা ফোংজবনি। মপোক অসিমগী লমন তোনসিঙ্গরে মরম অসিনা শ্রীরাজেশ্বরী শ্রীগোবিন্দগী মিংলেন শোনবা নিংশিংজবা অরোইবা নত্তম ফাওবা কাউবা লৈহনবিগদবা হায়না শ্রীগোবিন্দগী চরন্দা ওমজবা কচ্চদুনা থুরুমজরি।

য়ুম্নাম ধনঞ্জয় সিংহ।

# সংশোধক

পণ্ডিত নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ

পদ্মশ্রী

শ্রীযুক্ত ওঋানা ছাপা নম্বগী মওং লাইরিক ফোংবগী রাখল পুস্তক পিবিনি। অশোই অরান পুস্তক ওঋানা চুমথোক-পিবীনি তোল্লবদি খংজবা হৈজবা নচদে। পামজদুনা তৌজবনি মপোক অসিমগী ওঋাগী লমন তোঞ্জরে। ওঋাগীদমক শ্রীশ্রীরাসেশ্বরী শ্রীগোবিন্দ চরন অমদি মিংলেন শোনবা কাউহল-বিন্দু ওঋাগী মঙ্গলগীদমক ওমজবা কচ্চদুনা তত্তনা শ্রীশ্রীগোবিন্দদা প্রার্থনা তৌজরি।

শ্রীযুক্তাম ধনঞ্জয় সিংহ

# থাগৎ ৱাহৈ খরদং

শ্রী হরি সঙ্কীর্ত্তন শৈরেং পরেং অহুমশুবা শরুক অসি ওঝা ইবুংঙো, ঐহাক ইশামক্কীস্সু ঈশৈগী লমদা গুরু ওইনা ঐহাকপু লমজিং পথাপ পিবিরিবা শ্রী য়ুম্নাম ধনঞ্জয় সিংহ মশামক্কী কলমদা ইমালোন্দ ইবিদুনা ফোংবিরক্লিবা লাইরিক অসিমক্কা ময়ামগী সেবাদা অরাৎপা লৈরম্বা খরামখৈদি মেনখংপা ঙমগদ্রা হায়না নিংজৈ। শ্রীশ্রী গোবিন্দজিগী সেবাদা শক্না শোনবদা শিজিন্নরম্বা ঈশৈ ময়েক অতুমক অরাইবা মৈতৈ লোন্দা হন্দোক্লুনা লাইরিক ওইনা ঈশৈ শৈরেং অসি ফোংদোকপিরকপনি ।

ওঝা ইবুংঙোগী লাইরিক অসিনা ইমা লৈবাক্কী ময়ামগী সেবাদা অচৌবা থোদাং ওইনা পিনবিনবা, অমদি শ্রীশ্রী গোবিন্দনা থৌজানবিবা হায়না প্রার্থনা তৌজরি।

শ্রী রাজকুমার স্নাতোম্বা সিংহ
উরিপোক য়ামবেম লৈকাই ইম্ফাল

# শ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তন শৈরেং পরেং

| লামাই | পরেং | অরানবা | চুমথোকপা |
|---|---|---|---|
| ৫ | ৩ | মালকী | মানসী |
| ,, | ১১ | কন্যান | কল্যান |
| ,, | ১৩ | সাঙনি | সাওনি |
| ৬ | ২ | পন্দ্র | পত্র |
| ৭ | ৭ | ব্বারম | ব্বারক |
| ৮ | ২ | ইম্বির | হম্বির |
| ৯ | ২ | ঝাপতালং | ঝপতাল |
| ,, | ৫ | অ ? না | অনিগা |
| ,, | ৯ | লেবিদুনা | লৌবিদুনা |
| ,, | ১৩ | থামনবা | থামলবা |
| ,, | ১৪ | করি | ফরি |
| ,, | ১৭ | হাইবরিবে | হায়রবিয়ে |
| ১০ | ৩ | নোকপা | নোক্লা |
| ১৩ | ১৮ | বামনা | কামনা |
| ১৫ | ১১ | নোংগোবিনা | নোংগোবিনা |
| ১৭ | ৮ | গোপীশিংনা | নাগরিশিংনা |
| ১৭ | ৭ | ঋাতু তকক্লা থোগলবদা হৈ পাল লৈপাল ফজনা মপাল শারে ফজরে মচু মচু লৈতেনা থল্লে। | |
| ১৮ | ৭ | থবাল | থব্রাল |

| লমাই | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ১৯ | ৪ | নিবুঞ্জ | নিকুঞ্জ |
| ২১ | ৩ | নেংথাং | নোংথাং |
| ২৩ | ৩ | মুলতগী | মুলতানি |
| ,, | ৭ | লেংবন্দা | লেংবান্দা |
| ,, | ১৯ | কিশোয়না | কিশোরনা |
| ২৪ | ১৯ | মকুলা | মুকুলী |
| ২৫ | ১ | বায়বা | রায়বা |
| ১১ | ১৭ | ঙকুজগাং | ঙগংঙকু |
| ২৬ | ৮ | শোকপী | শেকপী |
| ২৮ | ৪ | চংজরুরো | চংজকরো |
| ২৯ | ২ | তোববান্নি | তোর্ব্বান্নি |
| ,, | ৯ | চিংথবা :— রাস কেলি খোইড়া | |
| ৩২ | ৬ | গোৌরগা | গৌরনা |
| ৩৩ | ১ | চুংঙরি | ঠুংঙরি। |
| ,, | ৮ | শিরি | শারি |
| ৩৭ | ১২ | নবদ্বপক | নবদ্বীপকা |
| ৪১ | ৩ | শ্রীরালখু | শ্রীবাসসু |
| ,, | ৯ | গোবর্দ্দনগী | গোর্ব্বদ্ধনগী |
| ,, | ৯ | পামে | পামেন |
| ৪৩ | ১৪ | উষতই | উঘত্যা |
| - | ১৫ | খোল | বোন |

| লামাই | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ৪৪ | ১ | লাইরম | লাইয়াম |
| ,, | ১২ | পুমনা | পুম্না |
| ৪৭ | ১৭ | কাদা | কার্ফা |
| ৪৮ | ১৫ | নিপ্পা | মিম্না |
| ৪৯ | ৩ | ময়োক্তা | মায়োক্তা |
| ৫০ | ১ | ঢারি | চালি |
| ,, | ১৭ | গোবর্দ্ধনবু | গোবর্দ্ধনবু |
| ৫৪ | ৯ | শাক্তম্মি | শক্তম্মি |
| ৫৭ | ৪ | সুমহ'লি | সুমহৎলি |
| ,, | ১১ | চয়ন | চরন |
| ৬০ | ১৫ | ইবুংলে | ইবুংঙোসে |
| ৬১ | ৮ | চ:দা | চরন্দা |
| ৬২ | ৮ | খোংবাম | খোংলমই |
| ১১ | ১১ | শাংবান্নবা | শংবান্নবা |
| ৬৩ | ২ | মনাফিগেনি | সনাফিগেনি |
| ৬৪ | ৯ | ন্দনচিংবা | চন্দনচি বা |
| ৬৮ | ২ | তীথ | তীর্থ |
| ,, | ৩ | শোলবগা | শোলবনা |
| ,, | ৯ | কোহবিরিবী | কোকহংসবিরিবী |
| ৭২ | ৪ | ব্রজা | ব্রজ |
| .. | ৭ | মনা | মানা |

| লামাই | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ,, | ৮ | গোববন্ধন | গোর্ব্বদ্ধন |
| ,, | ১৫ | য়েনবিগী | য়েনবি ব |
| ৭৩ | ১০ | গোকম্নগী | গোকুলগী |
| ৭৪ | ১৪ | বংশিং | বংশী |
| ৭৮ | ১১ | থুংভারি | থুণ্ডেরি |
| ৮৫ | ৫ | মনাই | মনাইগী মনাই |
| ,, | ৭ | কপ্রুনা | কপ্রুনা |
| ৮৬ | ৭ | কনিজিবগী | কলি জিবগী |
| ৮৭ | ৮ | পাওম্মুনো | পাওতম্মুনে |
| ৮৮ | ১৫ | বজ | ব্রজ |
| ৮৯ | ৩ | গৌরগা | গৌরনা |
| ৯২ | ৪ | মনাই ওজবী | মনাইওইজবী |
| ,, | ৫ | বারবা | বানবী |
| ,, | ৬ | ব জগোপি শিন্দা | ব্রজগোপীশিগী |
| ৯৩ | ৫ | সানগা | সামগা |
| ৯৫ | ১৫ | হাজবা | হায়জব' |
| ,, | ১৫ | পন বিয়ু | পিনবিয়ূ |

## শ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তন শৈরেং পরেং অহুম শুবা শরুক

শুচী পত্র—থৌরম পরেং লামাই

# শ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তন শৈরেং পরেং

## অহুমশুবা শরুক

### গুরু খুরুম্বা

১। বন্দে গুরূনীশ ভক্তানীশমী শাবতারকান।
তং প্রকাশাংশ্চ তচ্ছক্তীঃ কৃষ্ণ চৈতন্য সংজ্ঞকম ॥

২। খুরুমজৈ মন্ত্র তম্বিবা লাইরিক তম্বিবা লাইনিং লাইশোল—
তম্বিবা গুরুশিংবু। ঈশ্বরগী মনাই গুরূসিংবু ॥
ঈশ্বরগী অবতার, গুণাবতার যুগাবতার—
অংশাবতার কলাবতার শক্ত্যাবেশাবতার;—
শ্রী অদ্বৈতনচিংবা শায়োল গুরুশিংবু।
শ্রী নিত্যানন্দনচিংবা ঈশ্বর খিবিকপু ॥
শ্রী গদাধরনচিংবা ঈশ্বরগী শক্তি খিবিকপু।
শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য কৌবা ঈশ্বরবু ঐনা খুরুমজৈ ॥

## ভক্তিরসামৃত সিন্ধু।

১। নাম লীলা গুনাদীনামুচ্চৈর্ভাষাতু কীর্ত্তনম।

২। সঙ্কীর্ত্তন ঃ বহুভির্মিলিত্বা কীর্ত্তনং সঙ্কীর্ত্তনমিত্যুচ্যতে॥

## শ্রীহরিভক্তি বিলাস ঃ।

৩। কীর্ত্তয়ন্তি হরিং যে বৈতে তরন্তি ভবার্ণবং।

## সঙ্গীতবাদ্য রত্নাবলি।

৪। অন্তেচ যুগলং দেয়ং সম তালং বিভাবয়েৎ।
উপক্রমদ্ধৌ তালাভ্যাং বিন্দুশ্চ স্থাপয়েং॥

৫। নাদাব্ধেস্তু পরং পার নজানাতি সরস্বতী।

## সঙ্গিতদর্পন ২।১।

৬। রঞ্জকোজন চিত্তানাং সরাগ কথিতবুধৈ।

## " " ২।৩৯।

৭। পীতং বসনা বসনং সুকেশীবনে রুদন্তি
পীক নাদ সুনা। বিলোকয়ন্তি বিদিশো—
ইতিভীতা কামোদিকা কান্ত মনুস্মরন্তি॥

১। শ্রীভগবানগী নাম লীলা গুণচিংববু;
তাইবং মপুগী মিংথে মতিক ময়াইনচিংববু;
খোঞ্জেল রাংনা শকপা শোলববু কীর্ত্তন কৌই।

২। মী য়াম তিম্নহ্না শক শোলবা কীর্ত্তনবু সঙ্কীর্ত্তন কৌই॥
সঙ্কীর্তন্দা য়াম্না ভকলবা মুংঙাইবা চাং য়াম্না হেন্না—
ফংবা মরম্না কীর্ত্তনদগী সঙ্কীর্ত্তন্না হেল্লি। থাঙ্গেংশেংনমক্কী—
সঙ্কীর্ত্তন হায়বসি অস্তুক্কী মতিক থুমই মসিনা কল্লবা—
থম্মোই ফাওবা লায়না শৌদোকহল্লি॥

৩। শ্রীহরি ভক্তি বিলাসনা হায়রি :—
শ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তন তৌজবসিংদি তাইবং সমুদ্র লায়না লাল্লি।
অসিগুম্বা শ্রীহরি নাম সঙ্কীর্ত্তন অসি নোংমদা মতম মরি—
মক্তা শক শোলগনি (বিধান) হায়েন লৈ। মহুদি :— প্রাপ্তঃ—
মধ্যাহ্ন সন্ধ্যা নক্তং=অয়ুক মুমিং য়ুংবা মুনিদাংহাই—
নোংয়াই মতম মরিসিদা শক্কদবা ইশ কয়া লৈ; মতম—
পুন্নক্তা সঙ্কীর্ত্তন তৌগনি।

৪। সম, মধ্যম, যতি, সমদগী হৌগনি :—
মধ্যম, যুগন্দা লোইগনি।

৫। বেদ (মাতা) মমা ওইবী সরস্বতীমক্তা অসিগুম্বা—
নাদগী সমত্রবু লাম্থোকপা অমসুং খওবা উমদে হায়রি।

৬। সঙ্গিত দর্পন্না হায়রি :—
শক্তীবা অহুনা মুপী অঙাং অমসুং চণ্ডাল ফাওবগী পুক্লিং—
পেল্লবা অমদি জীব খুদিঙ্গী থম্মোইদা মুংশিবা—
পোকলিবা অহুবু পণ্ডিৎশিংনা রাগ কৌই॥

৭। শ্লোক অসিনা ঐখোইগী মাওদা (বিরহিনী) নায়িকা—
অমগী চিত্র উৎলি। মিয়েং অসিদগী :—
উজোর হার উর পীত বসন ধর ভালহি চন্দন বিন্দু।
লংলবা মুক্তাপরেংনা থবাক্তা ভালবা শনাফিগে খোনবা-
লাইবক্তা চন্দন্না ভালবা।
পদ অসিনা কামিনীশিঙ্গী থম্মোই ঈথক হৌহলবা -
কামোদ রাগগী যুক্তি ওইহল্লি।

৯। ত'ল অনিন তিন্নগা তালবুং অমা ওইবগী মিং।
প্রকৃতি পুরুষ যুগল মন্ত্র: মুশী নিপা পুনবরু যুগলমন্ত্র—
কৌরে হায়রি। মন্ত্র অসি তাল খুদিংদা লৈগনি।
তালদি ব্রহ্মনি কায়বা য়াদে;
থোক'লবা মুমিং থা থন্নানমিচাক্কচিংবা গ্রহ উপগ্রহ -
পৃন্নমক'সি তালগী মনুংদা লৈরিবনি; তাল হেক কায়বদা
মশক অমা হোঙ্গদবনি।
সঙ্কীর্ত্তন হৌবদি পুংনা হাল্লি ইশৈগী রাগ অমসুং
ইশৈ ত'রকলগদি ইশৈনা হৌরকপা তাল অতুদা
পুঙ্গীমু অহৌবা ওইনা চংলি।

১০। দুঃখমপ্যধিকং চিত্তে সুখত্বেনৈব রজ্যতে।
যতস্তু প্রণয়োৎস রাগ ইতি কীর্ত্ততে॥

১০। পুক্লিংদা য়াম্না ন্নারবা মতমদা মাগী খোপ্পোক্লা
মুংওাইবা কংলবা মুংশিবা পোকলকপা অতুবু—
রাগ কৌই।

লৈতনা শেমলে ফজরবা ঝুলন দোল নীংথিজনা॥
শেম শাবা লোইরে যন্ত্র পুম্বা খোংহুনা য়ৈহুনা থোগন্নবা।
শরুবা ঈশৈ হুংশিনা ঝুলনগী থোগল তৌজনবা॥

### সম্ভোগ।

### রাগ কৌমারি—তাল আড়া।

নোংনা ফজবা লৈগী দোলদা নোংরবী নোংরবা;
লোয়ননা হুডাইনা ঝুলন শান্নরি।
লৈতনা শেমলবা য়ামনা ফজবা দোলনি;
উরুবদা প্রেমগী ঈথক হৌরি॥
পাম্বোমগা পাম্বোমগা লেংবানগা লেংবানগা;
চান্ন চিন্ননা দোলদা তোংহুনা হাইরি।
সনাগী থম্বাল অশংবা থম্বাল অনী পুন্না শাৎলি॥
সনাগী উরীনা মনি অশংবা যুম্বীদা য়েৎলি॥
দাস মুহন্না উজবদা মতম পুম্বদা কাউজদরি।
ইমিৎ অসে পেঙ্গবগী ওমথৈ লৈজদরি॥

### প্রার্থনা

### তাল—খোইড়া

উজবদা মিংকী পেনবা নাইদবা;
শ্রী নন্দগী মপানি শ্যাম শকহেনবা।

শ্রী যমুনা মপাল রাস মণ্ডলদা;
থেকনা নৌনা জগোই থোল্লিবা॥
পাপ চেল্লবী লাইবক থীরবীঃ
অনীগী চরন্দা চণ্ডজবা হৈতবী ননাইবু।
অনীগী শ্রীচরন কাউহনবিগনু;
শিরমদাইদা অনীবু উহনবিয়ু॥
হে হে

## পুকনীং রারম (মনশিক্ষা)
### তাল—খেইড়া

হরি নাম কৃষ্ণ নাম তওনা শোল্লুনে হে পুকনীং।
হৌখরে মতম নোংমা নোংমগী পুনশি লোইরে॥
লাকলে যমনা ঐগী দণ্ডি পীবগী মতম॥
গুরুনা পীবা মহা মন্ত্র তংতনা শোল্লু কাউগনু পুকনীং॥
পুম্নমকসে অরেপ্পনি লেঙদবা মরুপ হরিনামতনি।

### থেমতাল

নীংঙু পুকনীং রাধা কৃষ্ণ গোবিন্দ হরে।
নীংঙু পুকনীং কাউগনু তংতনা শোল্লুনে॥
ঐগী ইবুংঙো কজবা মদন গোপাল।
শ্রীরাধা মাধব তোল্লববু চানবিহৈবা॥

## থোৱান মরিনি পানবা শুক্লা চতুর্থী গৌরচন্দ্র
## হাম্বির কল্যান—ঝপতাল

শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য নিতানন্দনা শান্নরিং
অনৌবা প্রেমগী মুঙাইবা ওমখৈ লৈতেং।
হরাউ মথোই কারি ভক্তনা; থৌগল্লি অনীনা হরণো শান্নরি
থোইনা মুঙাইনা শান্নরি গদাধরনচিংবা ভক্তনা।
উবদা মুঙাইবা ওমখৈ লৈতরি শ্রী অদ্বৈতনা॥
তোঞ্জ তার জগৎকী মপুনা শয়োলবিরি নদীয়াদা।
ব্রজগী শ্যাম শকহেন্নবনা অঙৌবা কুচু লৌরিদুনা॥

## শিন্দিরী—সুত চৌতাল

লৈতনা শেন্নবা অঙাঙবা দলনি ফজবা ওমখৈ লৈতে।
চান্নরবী সখিশিংনা মুংশিনা থৌগন তৌজে॥
মণি মুক্তানা থামলবা য়েংবদা ফজবা;
পুক্লীং হৎনা ফজবা দোননি।
উয়রবা কমবা বজন্না থামলবা;
লৈতন। য়েংলক্তুনা সেন্নবা দোলননি।
শখীশিংনা পামজবা মহাশাস্ত্রী ওইকা
অনীগী পেন্নবা মুলন:দোলবু হায়রি।

খন্নায়গী মবুংডো মুংশি থোইবা;
তন্নো খঙ্গৈ ব্রজগী মৌশিংনা।
কোকিলনা কুহু কুহু মুংশিনা খোংই।
ঝিয়া ঝিয়া হায়না শেকপীনা ঝিল্লি।
অমংবা নোংদা নোংথাঙ কুমগুম;
দোলনা হাইরকপদা ইলং ইলং লংই।
চান্নবা চান্নবী অনীগী শান্নবা;
উজবদা মুডাইবগী ঈথক ঈপোম হৌরি। এ-হো-হো।
শান্নবদা হৈশিংবা রসগী মবুংডো;
পম্বোম থৌগীনা প্রেমগী মূর্ত্তিবু কন্না লাকশিল্লি॥
অনাগী মুডাইবা রসগী ঈশাক্তা
লুপ্তনা নৈখরে নীংশিংবা থোক্তনা॥
উজবদা দাস তুলসীনা থাগচ্চরি
মরোন অহম অসে লাইবক কপ্নি॥

## সম্ভোগ

## রাগ বৈরাভী—তান খোইড়া

রাই কান্নু ঝুলন শান্নরিয়ে;
সখিশিংনা হরাওনা দোল হাইয়রিয়ে।
মুডাইবা ওমখৈ নৈতরেনে,
অনীগী শান্নবা মপুং কারিয়ে।
নোংনা ফুয়না হৌরকলিয়ে,
নোংথাওনা ইলং লংনা কূপলকলিয়ে।

মুংশিবা প্রেমগী ঈথক হৌরি,
কজবা পাল্লবা শাড়ি পিরাংতনা চোংলি।
মোমোন নোকপা মুংশিনা মুরুলী খোংই,
উজবদা পূকনীং পেঙ্গরি ভামুগী মমোম।
অনীগী শাম্নবা মপুং কাখরেং
পূকনীং হাখল অমতা ওইখরে।
অনীগী শাম্নবা লীলা উজবদা
হুরাউজরি ব্রজ রমনীশিংনা।
মুংশিবা স্বরদা ঈশৈ শকলি।
সখীশিংনা তান চানা যন্ত্র খোংলি।
যন্ত্রগা লোয়ননা পুং কজনা রৈরি।
দাস কিশোরগী পূকনীং য়ামনা পেঙ্গরি।

## প্রার্থনা

## সুত চৌতাল—বা তেওরা

জয় ওইরি কুঞ্জরাজ রানী।
শ্রী নন্দগী মপারি, শ্রীবৃষভানুগী মমোম
অনৌবা নোংদা নোংথাং কৃষ্ণগুন্মী।

## আরতি

শ্রীরাধা রানীনাজয় ওইরি চরন্দা চংজরি।
অসিগুম্বা আরতিনা লেপনা জয় ওইরি।

কুপ্পবা কত্রং ফিজোল শংলবা শাড়ীনা লৈতেংলি ।
শিগ্রেং সিন্দুর তঙাংবনা তাইবং তক্কংলি ॥
চাম্নরবী সখীশিংনা নিংখিনা ফিজোন খোগল্লি ।
রতনগী সিংহাসন্দা ইবেম্মা লেংশিল্লি ॥
সনা রুপা হেরা মণি মুক্তানা হংলবা ।
লংলবা ফিজং লৈতেংনা ওাল্লি সনাহকচাংদা ॥
মাইগৈ মরিদা শখীশিংনা হরাওনা খুবাক খুরি ।
চাম্নখোইবী ললীতানা কজনা আরতি কচ্চরি ॥
নৌর নৌর ব্রজগী মৌশিংনা মঙ্গল ইশৈ শকচরি ।
চাম্নরবী সখীশিংনা চামর খোগল তৌজরি ॥
শ্রীরাধাগী চরন থম্বালতবু ভক্তশিংনা পামজরি ।
দাস মনোহরনসু চেন সেবাতবু পামজরি ॥

## মন শিক্ষা
### তাল—খোইরা

পওসগমু পুকনীং চেকশিল্লু;
লাকলে মতম যমগী অবাকম
প.্কনীংগী দোলাইদা লৌশিংগী তেন্দোং,
লৈয়েংগী লীরুংদা
প্রেমগী লীরী চল্লু,
নাম হরিনাম ব্রহ্মাস্ত্রনা
জগৎকী লাম্নবা খুংলাইনি

প৲ম্নমক কাম্নদবা অরেম্বনি
লেঙদবা মরুপ হরিনামতনি।

## থোবান মঙানি পানবা (শুক্লা পঞ্চমি) গৌরচন্দ্র
## রামকেলি—সুত চৌতাল

ঙসি ঝ৲লন্দা গৌরাঙ্গপ্রভুনা;
থুঙাইবা ঈপাক্তা তাউরি॥
নৌরবী নাগরী লোয়ননা;
নদীয়াদা হৃরাওনা শাম্ন'র॥
সুরধুনি তোর্ব্বান্দা ফজরবা দোলনি,
লৈতনা লৈতেং ওইরি।
ফুগায়না শাৎপা কুসুমলৈ,
কামগী তেনবু ঙমজবা॥
থুমলবা লৈহৌ তত্তনাশিন্থরি
মুংশিবা লৈনমনা পূকনীংহৃরি।
মুংশিবা লৈনমগী ঈথক্তা;
পূকনীং প৲ম্নমক লুপ্তনা তাউরি॥
খোইমুনা ও ওত্থা মায়ৈগ খঙদনা
কোয়পাই কোয়পাই পাইরি।
রাহোং লাবা অমোম;
নোংগৌবীশিংনা হৃরাওনা খোংলি॥
মায়ৈগেমরিদা নৌরবী ফজবী

---

অকহেনবা কন্নানা থোগল্লি।
'য়েংজরগা অর্নাগী মায়থোংথাজ
চামর থোগল তোজয়কলি॥
শারকলে জগোই উজবদা পেল্লভুনা
তালচানা জগোইগী পুং ফজনা য়েরি।
মৃংশিবা মিরবা যন্ত্রগী খোঙ্গেন;
ফজবা জগোইগী তালচানা য়েরি
কয়ামরুম মুংঙাইবা ঈথক্তা ঙাউভুনা
হরাওনা য়েংজরি কিশোর দাশনা।

## নটরাগ—সুত্ত চৌতাল

ওঃ মাই! বৃন্দা গোকুলগীথাজ,
হিন্দোল দলথক্তা ঙাম্থোইরি।
নোংনা ফুয়না হৌরি খোংলি,
নোংথাওনা ইলং ইলং লংনা কুপই॥
ফজবা সনাগী দোলগী থৌরীনি,
মনিমুক্তাদনা য়েওনা শেমলকই।
অনীগী ফজবা রসগী নীংথিবা,
মায়গৈ মরি পুমণ্ডাল ঙাল্লি। বামনা ঈকাইবা শক্তমনি;
কদম পামেন্দা কত্রং থৌরীনা য়াল্লি,॥
অঙাংবা লৈতনা য়েক্না শেমই,
ছাইরকপদা থোইনা নীংথিজে।

হীরা মণিমুক্তানা শেম্বা দোল্লি,
লৈতনা লৈতেং ওইনা ফজনা শেম্বই ॥
কলপ বৃক্ষ উপাল ময়ামগী মশানা,
ফজনা লোওবা মালতি বকুল উরুম ইংনা লৈবা ॥
যমুনা মপান্নি মলয়া মুংশিংনা লিরি হুম্বদা;
লৈগী নাচোম্না যমুনা ঈশিং শোকপা ॥
পামেলগী য়েন্নিং হুলবনা,
মায়কৈ মরিমক্তা তাবোক ওইনা য়েংই ॥
ভানু বাওডা ব্রাহ্মোং নোংগৌবী নোংইন;
কোকিলনা মুংশিবা স্বরদা ঈশৈ শকই ॥
নৌনা মথোক কারবী ফজবী রাধে;
অনৌবা ফজবা শকহেনবা খুদোম্না চীংবু পুবনি ।
কুঞ্জপম্বা উজ্জবদা পেঙ্গৈ,
হবাও মথোই কাতুনা সখীশিংনা দোল হাইরি ॥
পোমতুনা লৈরম্বা থরো পুম্বা ফুগায়না শাংলে,
অনীগী ফজবা মায়থোং উজ্জবদা ।
ব্রজগী মৌশিংনা থরায় হুকচাং পুম্বা,
অনীগী মুংশিবা ঈপাক্তা লুপ্তনা তাউগ্রে ॥
কৃষ্ণদাসবু ব্রজদা লৈজবা পীনবিয়ু,
নন্দগী মচা কৃষ্ণগী মনাই ওইহনবিয়ু ।

## সম্ভোগ—বিলাবলী

কয়াদা ফজরিবনো ওসি ঝুলন লীলা;
রসবতী লোয়ননা শ্যাম শকহেনবা ।

অনীগী শক্তম অনীগী পূকনীং
রতি প্রেম লীলাদা লূপথরে ॥
রসগী ঈপাক্তা তাউতুনা লৈতুনা শান্নরি
মায়থোং থাজ উমজনী
ফুয়না নোংহৌ উমজবা।
নংশিবা প্রেমনা নোংঙইনা তত্তনা চুথরি
নোংখোঙ ফুয়না চুথরে ॥
নোংথ ও তত্তনা কূপলকলে;
থাবলগা লোয়ননা পূর্ণিমা থাজনা ইঙালঙান্লে ॥
ললবা থাজগী অমৃত মরী মরী শিন্থরকলে।
ঈখৌলাংলবা নোংগৌরীসা পূকনাং পেন্না থকচরকলে।
উজবদা পেক্সরে নংঙাইবা উমখৈ লৈতবে
রসগী ইরেলনা লৈতুনা অনীমক লূপথখরে।
দাস মুহন্না লীলারস উজবদা লৈমায়থক্তা রান্থংবে।

## প্রার্থনা—খোইগ্রা

খুরুমজরি শ্রীনন্দগী মপারি
খুরুমজরি বৃষভানুগী মমোম
শঙবান্নবা শকহেনবা নুপীলক্তগী অখোইবী
অনীগী চরন্দা চঙজরি ॥
চানবিয়ু ঐবু কনবিয়ু
মৈচাকসে খাঙজবা ঙমদরে

বিষয়.গী লম্মৈনা থম্মোয়সে চাকলে;
পগুলবা ফত্তবা ঐহাকনি
অনীগী চরনবু নীংউদ্রে।
অরেম্বদা ঐগী পুন্সি হৌখরে॥

## আরতি মনশিক্ষা—খোইড়া

হে পুকনীং নগুগী কনালৈরি খল্লুনা তাইবংসিদা
মহাময়াগী ঈপাক্তা লৈরিবনি, মঙ্গুম্বনি॥
মগুদা নিংথৌ ওইজুনা মুংঙাইনা পান্নম্বগুম্বনি
পুন্নমকসে মীনম্বা লেপ্তবনি, অরেপ্পদি শ্রীগোবিন্দদনি॥
পামেন উজাউথক্তা অহিং উচেক ময়াম কায়দোংমিন্নরগা
ইনংশোরা গুাল্লকপদা মায়গৈ তরাদা পাইখিবগুম্বনি।
চেক্লানা পাইখিবগুম শাগৈ নাতৈ মরুপ মপাং নোংমদি
কায়নগনি।
কনাঅমত্তা থিংবা য়ারোই মাগী মাগী মতমদা লোইনা
চংখিগনি।

লাকপদা কনাসু লাকমিন্নদে
হনখিবদসু কনাসু লোয়নরোই
পুন্নমকসে অরেম্বাগুাক্তনি,
লেগুদবা মরুপ্তি শ্রীগোবিন্দদনি।
লাকপগুম খংহৌদনা হনখিনি।

## থোবান তরুকনি পানবা

### শুক্লা ষষ্ঠী

### ইমন রাগ—আড়া

চান্নবশিংগা লোয়ননা ঝল্লন শান্নরি গৌর শকহেনবা ।
অনৌবা য়েন্নিংহুল্লবা ফজরবা লৈকোন্নি ॥
রাহোং ছেকপিগী মুংশিবা খোঞ্জেন্না নিল্লি ।
ফংগায়না শাংলবা লৈরাংনা থল্লবা গঙ্গাগী তোর্ব্বান্নি ॥
লৈহীপাম্বা খোইমুশিংনা হরাওনা নিল্লি ।
ভানু কাংভা কোকিলগী মুংশিরবা খোঞ্জেন্না থল্লি ॥
মোমোন নোংকনা হরাওনা তালচানা দোল হাইরি ।
নৌরিবী গোপীশিংনা য়েংনিংবনা পরেং পরেং লাকলি ॥
থোইনা হেন্না শান্নবগী ঈথক ইপোম হৌরি ।
ময়ৈগে মরিমক্তা ভক্তশিংনা কোয়না য়েংজরি ॥
হরাউজবনা হরিদাসগী পূকনীং মহী চেঞ্জরি ॥

### ইমন রাগ

### তাল—খোইড়া

ফজরে নিংথিরে ফজবনা লোইরে মচু মচুগী লৈতনা থামলতুনাঃ
লৈখল চানা শেম্লবা ফজবা দোলনি ।

মণি মুক্তানা থামলবা শংলবা য়ৃম্বীনি,
কব্রংগী থোরীনা ফজনা পুন্দুনা শেম্লবনি
নোংথাঙ কুপ্পগুম মুক্তাগী মঙান্না ইলং লংই।
গোপাল কাখৎলে দোলদা,
প্রিয়াগী খূজেং পায়তুনা চিংখৎলি হরাউনা
লূরবা ঈংলবা যমুনাগী তোর্ব্বান্নি।

থব্বাল থাগী নোংখোঙ ফুয়রবা
হরাওনা রাহোংনা জগোই শারি ঙংলি,
উচেকশিংগী মুংশিবা খোঞ্জেন্দা কিশ্বোরনা হবাউজ্বর

## সম্ভোগ

## পোষ্টম—বিহাগ রাগ—তুই ঠেকা

রস লৈবা ফজবা দোলথক্তা অনীনা মুঙাইনা শান্নরে
মায়থোং অনী মায়োক্নরে তথক তথক মিৎচানরে
মদনগী ঈথক হৌরি পূকনীং হকচাং অমত্তা ওইরে।
পাম্বোম অনী য়েৎনরকলে অনীনা অমত্তা ওইনা ঙাল্লে

থরায় অমত্তা ওইখ্রে পূকনীং অনী তিনশিন্নখ্রে।
ফুয়না হৌবা নোংলক্তা নোংথাংনা ইলং লংই
বৃন্দাবনগী শা উচেক অনীগী গুণ শকচরি।
তোল্ল মুহনদাসনা অনীগী রস চুপচরি।

## প্রার্থনা—ঝুমরি

ভম্বিযুবা চাংদমনিঙই লৈতবা নগুণ শক শোঙবা।
হরিনাম গুণ শোঙবদা হকচা পুম্বা তুরুংজবা প্রেম পীনবিয়ু॥
খুকুমজৈ বসগী ভুংনফম ওইবা ইবুঙো নংঙান্দা।
বৃন্দাবনগী নিকুঞ্জ লীলাগী চরনসেবগী ননাই ওইহনবিয়ু॥
শ্রীরাধা গোবিন্দগী চরন সেবাদা থরায় হকচাং লৈহনবিয়ু।

## আরতি—মনশিক্ষা

নীংউ গোবিন্দ শোন্নু গোবিন্দ,
গোবিন্দবু ভজনা শোন্নুনে অপঙবা পূকনীং
শ্রীমতি রাধিকা লেংযননা ঙানবিবা,
ব্রজ রমনীশিংগী লনগৈগী মশক ওইবা

## থোবান তরেৎনি পানবা (শুক্লা সপ্তমী) গৌরচন্দ্র
## তুরী রাগ—শুভ চৌতাল

য়েংউ ঝুলন্দা গৌরশকহেনবা
সঙ্কীর্ত্তন মায়দা শান্নরি।
শ্রীনিত্যানন্দ লোয়ননা ঙাম্থোইরি
ভক্তশিংনা কোয়না থৌগল্লি॥
শ্রীগদাধর জগোয় শানা শানা ঈশৈ শকই।

নরহরিনা খোনপাংই তান থারি ॥
মুরারি-মুকুন্দসু নুংশিনা ঈশৈ শকই ।
তান চানাচানা অদ্বৈত পূ, য়েরি ॥
দাস কৃপা সিন্ধুনা
অশিং নুংথিল কাউদনা ।;
শ্রী। রেনবু নীংশিংজে ॥

## মল্লার রাগ—তান চৌতাল

ঝুলন শান্নরি শান্নরি
নৌরবা ফজবা মণিরতনগী দোলদা ।
সনা কুচু ওমজবা রাধা
মওান্না নোংদা নোংথাওকুপকুমই ॥
শ্যামগী নাইন্না হায়বদা
পূমলং পূমল, লংইদা ।
মায়গৈ মরিমক্লা নোংলেন মরাওহৌরি ।
লৈনাদা নোংলীক্লা লংই
পূশিদা অনীগী ফজবা শক্তম
উজবদা পূকনীংগী পেঙবা
ওইজগে ওইজগে ॥

## সম্ভোগ ইমন রাগা—খেমটা

থম্বাল হেনবী রাধা কালা কাহ্ন লোয়ননা
লাংবন্দা ঝুলন শান্নরি ।

অনীমক্কী প্রেমগী লীলা; ঈথক ইপোম ঝাব্রকপনা;
রসগী তুরেল চাংজো লাম্বা ফংদ্রে ॥
নোংলেন মরাঙ হৌবদা; নেংথাঙ ভোয়না কৃপ্পদা;
প্রেমগী ঈচাউনা চাংজো পাখরে ॥
অঙকপা ওইরে, য়েংউ তমাল পামেন্দা;
সনা মণি-মুক্তানা মহৈ যাল্লে ॥
সখীশিং লোযননা, শান্নবা কুম্মৈ অদো;
উজবদা পৃকনীং হবাওই্ব ॥
রসনা থল্লবা মুংশিবা; নৌববা মিববা স্বরদা
ঝুলন লীলা ঝুমরু বাগদা শকলি ॥
য়ামনা মুংশিবা স্বরদা; তাবদা খোযথুম্নবা খোঙ্গেন্দা;
কুহু কুহু কোকিলনা খোংলিনা ॥
পামেল ফৈবা থক্তা; শুক শাবিনা যেংতুনা;
জয় ওইবে বাধা কৃষ্ণ লাউবি ॥
নীপালক্তগী অথোইবা; মুংঙাইবগী তুংনফম;
মুংশিবা ঈশৈ তাবি ॥
উজবদা পৃকনীং হকচাং লুপনা, দাস কিশোবনা হবাওনা;
মুংঙাইবা ঈপাক্তা পেঙ্গরি ।

## প্রার্থনা—ছেপকা তাল

শ্রী রাধা গোবিন্দ মদন মোহন
শ্রী হরি থৌজানবিয়ু শ্রীগোপাল মুংশিবিয়ু

থৌজাল হৈবা জগৎকী মপু ;
তাজে বেদ পুরান্দা; শ্রীগোবিন্দগী গুণ মিংলেন
লওজবা কোটী পাপ কোকই ॥
মপোক কোটীগী পাপ কোকই;
পাপ পূম্নমক পূমশেং শেংই ।
য়ামনা পওলবা ঐহাক্কি; নোংমতন্থ শোগ্গরুদে ॥
করম্না অফবা ওইগনি;
মিকুপ অমত্তন্থ নীংলুদে ॥

## আরতি

## মনশিক্ষা—খোইড়া

হরে হরে হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ রাম রাম রাম
খোঞ্জেন রানা শোল্লুনা
পৃকনীং টারক ব্রহ্মনাম ॥
নারায়ন নারয়ন বাস্নদেব বাস্নদেব;
খৃদোন্না চীংবু পুবা শ্যাম শ্যাম হরে ।

যমুনা তোর্ব্বান্নি মঙ্গনা তিল্লবা
লুরবা শ্রীবৃন্দাবনি ॥
স্নরদাসনা মদন মুহনগী মিংলেন;
তত্তনা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোঞ্জরি ।

# খোরান নীপান্নি পানবা
## শুক্লাষ্টমা গৌরচন্দ্র
## মুলতনী রাগ—চৌতাল

জয় শ্রীহরি ফজরবা গৌর শকহেনবা।
উডাবা অহনবা হিলন দোলথক্তা লেগখত্তুনা;
গৌরাঙ্গনা ভক্তশিংগা লোয়ননা ডান্সোইহরি।
গদাধরগী লেংবন্দা পায়রুনা মিংকুপ্পা লৈতনা;
য়েংল য়েংলতুনা মিংসন্না থম্বালদা পিরাং শিন্থবি।
থবায়গী চান্নবীগী প্রেম ময়াইতুনা পুকনীঙ্গী অপাম্ববু শকই।
রাখন্না থৌগলবা থম্মোই পেংলবা;
প্রেমগী উমথৈ খাউবা উমদরে।
করি অমুক হায়রুগনি ব্রজগী রাখন্দা পুকনীং লুপলহুনা
ডাগুরিবনি বাম্ন ঘোসনা হায়জরি।

## কাফি রাগ—খেইড়া—একতাল

মণিবত্নন্না থামলবা রসনা থল্লবা মায়গে মরিমক্তা
কব্রং থৌদানা পামেনথক্তা নীংথিনা য়াল্লি।
চন্দন্না চুরবা মুংশিবা মনমনা থল্লবা শ্রীবৃন্দাবন্নি।
উজবদা হরাওজবা মুডাইজবা থোইনা হেনগংলি।
দাস কিশোয়না অনীগী চান্নববু উজরগা লৈ-খুবান্না থৌগঞ্জরি

## সম্ভোগ—মল্লিকা শুক্লা—চৌতাল।

ঙাসি ফজবা হিন্দোল দোল থক্না;
মুঙাইনা শান্নরি শ্যাম শকহেনবা।
মায়থোংনা থাজহেনবা রাধা না ওয়দা;
কয়াদা হরাওনা মুঙাইনা শান্নবিবা॥
কয়াদা ফজরিবা অনীগী শক্তমংসং;
চাংদমনিঙাই লৈতে জগৎপু শুন্দাংলিবা।
অনীগী মায়থোং থাজা চিংনা চিংনা য়েংনৈ;
মোমোন নোকনা হন্না হন্না চুপই॥
মিংচিনা খোইরপ খোইরপ নুংশিনা য়েংনৈ
মিববা খোঞ্জেন্না তপ্না তপ্না ঙ ঙ.ন।
ললীতানা চিংবা সখী ময়াম্না হরাওজ;
অনীগী মায়থোং থাজবু পেন্না য়েংজবি॥
লাইগী লাইরেম্বীশিংনা মনাইশিং লোয়ননা;
হরাউনা লৈ খূবাম খূবাম চাইথার।
জয় ওই র হায়বা খোঞ্জন্না নিন্নি
বৃন্দাবন পুম্বা; তাজদা মু ঙ ইঞ্জে নরহরি॥

## প্রার্থনা—খোইরা

থৌজানবিয়ু হে কৃষ্ণ থৌজান হৈবা তাইবং মপু।
শ্রীরাধাগা মবুংঙো মরুপী খোংবা কামদেববু শুন্দাংপা
শ্যাম হে থৌজানবিয়ু থৌজানহৈবা তাইবং মপু॥

## আরতি

### ( মনশিক্ষা ) পূকনীং বারবা সুত—চৌতাল

হরি হরি শোল্লু পাম্বোম বাংনা থাংগৎলু;
হে পূকনীং অপঙবা নঙ্বুনে।
চৎলোনে থিজহৌ লেপত্রবা তাইবংনিঃ
অরেম্বদা মতম মাঙহনগনুনে॥
য়েংজরু ভাণ্ডির বণ, তমাল বণ, নিধুবন;
বৃন্দাবন পেঙনা য়েংলুরো বংশীবদন।
কুঞ্জ নিকুঞ্জবদা চৎলোনে পূকনাং হরাওনা;
শ্রীবৃন্দাবন্দা চৎচহৌরো থিজহৌনে॥
থমনাথক্কা লাইজগুম লাইজথক্কা কোঙ্গোনগুম;
খঙহৌদনা মাঙ খিগনি শোয়রোই।
লেপত্রবা তাইবংনি লেঙদবা মরুপ্তি;
শ্রীহরি মহাক্তনি থিজহৌ ফংনবা॥

## অহুম শুবা শরুক

### নবমী—৯ নি পালবা গৌরচন্দ্র

### ললিত বিভাষ—তাল—জোত

হুংঙাইনা ঝুলম শান্নরি উরাজগৎ ব্রাহ্মন শাগে অধোইবা।
ভক্তশিঙ্গা লোয়ননা শান্নে; শান্নবদা য়াম্না হৈশিংলবা॥
চাংদমনিংঙাই লৈতে কুচু; সনা মচুদগী হেন্না ফজে।
শক্লি ঈশৈ হুংশিনা শারি জগোই তাল চানা॥

## মানসি—আরা ত্রিপদ

দোল কন্না হাইরে; রাধা রানী লোয়ননা;
শ্যাম শক হেলবা।
শ্রীবৃন্দাবনগী কুঞ্জ, কুঞ্জ কুঞ্জদা;
লৈতনা শেমলবা হিন্দোল দোলদা॥
নোংনা ঙংলি অতিয়াদা; নোংথাং কৃপলি ইলং লংনা;
নোং মরিক মরিক তগুনা চুরি।
কোকিল খোইমুশিংনা মুংশিনা খোংলি;
কাংঙা শেকপীনা ঝিয়া ঝিয়া লাউরি॥
অনৌ অনৌবী সখিশিংনা; পুল্লপ পুল্লপ ঈশৈ শকই;
সখি খরনা দোল কন্না হাইরি।
উজবদা ফংঙংগ্রবা; নৌরবা নৌরবী অনীনা,
ফজরবা দোলথক্তা ভাম্ভোইরি॥

## সম্ভোগ—ত্রিপদ

## মাল্লিকা—সুত চৌতাল

ঙসি রাধা শ্যামনা ঝুলন শান্নরি; হেরা মণি মুক্তাগী দোলনিং;
ঈংলবা কালিন্দী মপান্নি।
ললিতানাচিংবী সখিশিংনা;
মরৈ তৌনা দোলগী থৌন্নী পান্নরিং;

অনীগী মায়থোং ঢিংনা য়েংনা দোল হাইরি ॥
রসগী মশক ওইবী; রাধাগী পাম্বোম তিংথোক্লুনা;
তাগনি কিহুনা রানা মবুংগোবু কোল্লৈ।
মায়থোং থম্বাল অনী পুন্না শাৎলে;
সনাগী থম্বাল অশংবা থম্বাম্নি;
মায়থোং থম্বাল লৈহি হরাওনা চুপলি ॥
য়েংজরগা সখিশিংনা; হরাওনা নোকচরি;
ফিজিনা মায়থোং খুমজিনহুনা।
উজবদা বৃন্দা হরাওজরে;
মুংশিবা খোম্থোকনা অনীবু থাগচৈ;
চেকশিঙনা দোলবু তপ্না তপ্না হাইরি ॥
কয়াদা মুংঙাইনা; বৃন্দাবন্দা নরহরিনা;
জয় ওইরে জয় ওইরে লাউহুনা চৎলি ॥

## প্রার্থনা—কবালি—আড়া
### ত্রিপদ

জয় রাধে রাধা কৃষ্ণ গোবিন্দ হে
নন্দগী মপারি; ফজবনা পুকনীং হুবা;
শংবান্নবা শ্যাম শকহেনবা হে।
ব্রজগোপীলক্কী অথোইবী; শ্রীহরিগী পুকনীং শুম্মাংপী;
লাইগী লাইরেম্বীশিংনা নঙগী নগুণ শক্নিবী ॥

## আরতি

### মনশিক্ষা—আড়া—কাফি

তত্তনা শোনে হরিনাম আরে পণ্ডলবা লৈয়েং ।
হরিনাম অমৃত্তসে রস পূম্নমক্তগী অথোইবনি কাউগনু ॥
লেপত্রবা তাইবংদা লাক্লে অরেম্বদা হৌখরে মতমপূম্বা ।
কত্তবা সঙ্গ থাদোক্লুনা সাধু বৈষ্ণবলক্তা চেঙজক্লরো ॥
পূম্নমকসে অরেম্বনি ব্রজ বৃন্দাবন্দা লৈজবনা অথোইবনি
ব্রজবৃন্দাবন্দা লৈজরবদি যমগী অরাকম ফলরোইনে॥

### থৌবান তরানি পাম্বা শুক্লা দশমী গৌরচন্দ্র

### আড়া—ত্রিপদ

য়েংউ গৌরচন্দ্র; মঙলন শান্নরি;
ব্রহ্মাণ শাগে অথোইবনি ।
ব্রহ্মাগী খুৎশেমনা; য়ৌবা ওমদ্রবা;
ফংদোংবা সনাবু হেনবনি ॥
দেবকন্না হাইরি; ভক্ত পূম্নমকনা;
হরাওনা গৌরচন্দ্রবু কোররি ।
হুংঙাইবা ওমখৈ লৈতেং; জয় ওইরে লাউরি;
নদীয়া অপূম্বা নিল্লি ॥

তাংলবা কলি যুগনি; গৌরনা শায়োনবদাঃ
লাইবক ফবা গঙ্গা তোর্ব্বন্নি।
মিংম্নানা থম্বান্নিঃ মায়থোংনা থাজনিঃ
পূর্ণিমা থাজবু হেল্লি ॥
নদীয়াগী মীয়াম্না লোইনা চেন্নরকলেঃ
হরি হরি খোঞ্জেল তাবদা।
অতৈ অমা খঙজদেঃ বাসু ঘোসনা শকচয়িঃ
শ্রী গৌরঙ্গবু নওনা ॥

## শ্রীরাধা গোবিন্দ ঝুলন।

হিন্দোল দোলথক্তাঃ প্যারি লোয়ননাঃ
হাইনা হুমনা শান্নরি।
হৈপাল লৈপান্দাঃ লৈরাংনা ফংগায়না শাংলিঃ
হৈরাও চরোং চরোং পাল্লি ॥
শান্নবদা হৈশিংবাঃ রসনা থল্লবাঃ
হৈশিংনা প্যারিগী ফিজি পায়ার।
অনীগী শান্নবাঃ রসগী কুম্মৈ য়েংনিংবনাঃ
দোল লৈনা লৈনা হাইরি ॥
অনীনা অমত্তা ওইববুঃ উরগা মোঙ্গোম মোকইঃ
উজবদা কিশোর ইশাবু কাউর্খল্লে ॥

## সম্ভোগ

### বরাতী—কৱালি

অঙকপগী ঝুলন লীলানি ।
রাধাগী হকচাং শাথেক; মুম্না য়েংলগা;
মদনগী ঈথক হৌরি ।
নীংথিবা শম্‌লাং ঈফা ফা; ফিজেৎ লৈতেং অপূম্বা;
মালংবনা হাই হুমলি ॥
ইবেম্মগী হকচাং অপূম্বা; তনিক তনিক নীকই;
তাগনি খনবদা মাঙ্গে ।
পাম্বৈ।ন উরি তিংথোক্লনা; থম্বাল হেনবী ইবেম্মবু;
কিদনবা চেৎনা কোলখৎপিরে ॥
ফংয়না হৌবা নোংদা; নোংথ।ঙ তোয়না কূপলে;
নোংলেন মরিক মরিক চুখরে ।
নীংজবা মঙ্গল ওইরে; শান্নবা হৈশিংবা কহ্নাই;
খঙহৌদনা ঝুলন দলথক্লা ॥
উদ্ধব দাসনা হায়জে; লীলা হৈবা হরিনা;
নীংবা থুংনা শান্নরিদা ।

### প্রার্থনা—খোইড়া

শ্রীরাধে কৃষ্ণ রাধে কৃষ্ণ রাধে কৃষ্ণ হে ।
থৌজাল হৈবা থৌজাল হৈবা অমুক্তা থৌজানবিয়ু ॥

ব্রজ নব যুবরাজ র।ণীঃ
ব্রজগী নৌরবা নৌরবা কুঞ্জ লৈ.কানগী লৈমা ্নিথৌ ॥

## আরতি

### পুক্লিং ররক=খোইড়া

হে হরি
নঙনা ঐবু পোকহনবনি
নঙগী ননাই এইহনবিয়ু;
শ্রীচরন্দা হন্না হন্না খুকমজরি।
শ্রীগুরুদেবনা ঐবু থৌজানবিয়ু;
নঙগী থৌজাল লৈত্তবনা ৱারেঃ
অৱাবা মৈচাকসে কোকহলবিয়ু ॥
হে কলা পুন্নমকনা তিল্লবা;
পীনবিয়ু নঙগী চরণ থম্বাল।
ননাইবু অমুক্তা চানবিয়ু প্রভু
চানবিত্তুনা নঙগী প্রেম ভক্তি পীনবিয়ু ॥
নারদ ব্রহ্মা মহাদেবনচিংবনা;
তত্তনা নগুণবু শক্ক শোম্নরিয়ে।
ফংহনবিয়ু শ্রীগুরুদেবগী থৌজাল;
তোল্লবা পঙলবা নরসিংহ ঐভোন্দ ॥

## থবান তরামাথোইনি পানবা শুক্লা একাদশী

### গৌরচন্দ্র

### রামকেলি—দ্রুত—চৌতাল

একাদশী মুনিংতা গঙ্গাদাসগী য়ুমদা;
লেঙলকলে গৌর প্রকাং মুংঙাইনা।
ভক্তগা লোয়ননা ঝুলন শান্নরি;
নদীয়াগী রমনীশিংনা লাক্লনা য়েংলরে॥
অহিং মুংথিল অনী লেপ্পা লৈতনা;
ফজবা গৌরগা ঝুলন শান্নরি।
মিৎন্না থম্বাল অনী প্রেমগী ঈথক হৌরি;
মুংশিনা ঈশৈ শকলি গদাধর লোয়নরি॥
ঈশৈগা চান্নবা ভক্তশিংনা জগোই শাই;
দাস মুহন্না রসসিবু চূপচরি।

### দোল সাজন

### আড়া

য়ামনা ফজরবা নন্দবট পামেন মথাদা;
লিরিহুম্বা মালংবা য়ামনা ইংলবা।
একাদশী মুমিংতা সুরমণিনা থামলবা;
বন্দনা শাংরবা ফজবা দোলনি॥

## সুংগরি ছোট চৌতাল—তেওরা
### ত্রিপদ

শ্রীরাধা কৃষ্ণনা; ঝুলন শান্নরি;
যুবতী পুন্ননকনা ঈশৈ শকলি।
শ্যাম শকহৈলবা; ভক্তনা থৗম চনবা;
থদোন্না চা বু থাংগংপিরা॥
কোকথক্তা রাহোংচুড়; সনা ফিগে থোলবা;
চীনবান্দা ম্নশিনা মুকলী খোংবা।
সখিশিনা ঈশৈ শকলি; জগোইসু শরি;
ললিতানা চামর থোগঙ্করি॥
বৃক্ষ্গী মোশিংনা ঝুলনবু উজবদা;
ধন্যনি ধন্যনি শোন্নরি॥
সুরদাসনা, লীলাবু উজবদা;
মঙ্গলগী ঈশৈ শকচরি॥

### সম্ভোগ
### করালি—মায়ুর রাগ।
### ত্রিপদ

য়েংউ য়েংউ অঙকপগী লীলানি;
কামদেববু শুমহংলবা হরি;
বনগী মায়গে চিংনা য়েংই।

বন্দা শান্নবা হৈরবা;
শ্রীনন্দগী মচা ইবুংঙো;
ফজরবী ইনাকখুনবী লোয়ননা॥
কলা পূম্নমকনা তিল্লবী;
অনী অসে প্রেমগী মশকনি;
পামজবা পূকনীংগী লীলা শান্নরি।
মণি রতনগী হিন্দোল থক্তা;
ঙাম্মোইদুনা অনীমকনা;
সখিশিংনা থৌরী পান্দোং চিংই॥
আকাশদা লাইয়াম পূম্বা;
অহিং চুপ্পা লেল্লদুনা;
মুংঙাইনা কূম্মে য়েংজরি।
নোংনা ঙংলি অতিয়াদা;
মায়গৈ শীনবা থুংনা;
মরী মরী চুরি নোংনা॥
হায়জে শিব রামনা;
মলয়া চন্দন্না অনীমক্তা;
তপ্না তপ্না থৌগজরি॥

## প্রার্থনা=আড়া

থৌজান হৈবা ইবুংঙো
হে কৃষ্ণ ঐবু চানবিয়ুনে।

তোল্লবা পঙলবা ঐহাকনি
ঐবু লানবিবদা মিংচৎ থিরগন্রা ॥
ধর্ম্ম কর্ম্ম তৌত্রবা ভজন সাধন হৈত্রবা;
পামজবদি চরনগী ননাই ওইজবা।
বেদ পুরান্না লাউরি হে হবি তাঙ্গে;
তোল্লববু চানবিহৈবা মি লেপ্নি ॥

## আরতি

### পুক্রিং—রারক

চানবান্দা রাধা কৃষ্ণ শোল্লুনে।
তন্না শোল্লুনে শ্রীরাধা কৃষ্ণ ॥
প্রেমগা লোয়ননা মুঙাইনা শোল্লু রাধে কৃষ্ণ।

## থরান তরানীথোইনি পানবা ( শুক্লা দ্বাদশী )

### গৌরচন্দ্র

### ইমন রাগ—থোইড়া তাল

নবদ্বীপ্তা মনাই মুরারীগুপ্তগী (যুমদা) লৈকোন্দা।
দ্বাদশীদা গৌরাঙ্গনা মুংঙাইনা ঝুলন শান্নরি ॥
শ্রীরাধা কৃষ্ণনা ঝুলন শান্নখগুম্না ঝুলন শান্নরি।
হৌখিবা ব্রজগী লীলাবু নীংশিংতুনা শান্নরি ॥
মরুপ মপাং লোয়ননা মুংঙাইনা হরাওনা শান্নরি।
উজরগা মুহন্না মুংঙাইবা ঈপাক্তা তাউজরি ॥

## দোল শেষা—খোইড়া

ধবলা পর্ব্বতা দ্বাদশী সুমিংতা অঙৌবা দোল শেম শারে।
ফজবা দোনথক্তা পূর্ণিমা থাজগুম শ্রীরাধা কৃষ্ণনা শান্নরি॥
ফজবা ঙমখৎ লৈত মায়াগ পূমা পূমঙাল ঙাল্লি।
অঙৌবা দোলনা লনা লুনা পান্না ফজবনে॥
মায়খৎ থাজ অনাগী মঙান্না থাবল ঈথক হৌরি॥

## ঘুঙরি—জাড়া

কয়াদা মুঙইরিবনেহে ঙসিসে শান্নবা ময়াই কারি।
রসদা লুপলবা ব্রজগী হৈশিংবী তনিক তনিক ঈথক কারি॥
শানখিবশিংদগী ঙসিনা হেত্রি শান্নবা মপুং ফারি।
দাস কিশোরনা হায়জ পুনলদা অমৃতগী লীলানি।
দোলনা হই হুয়া মুঙইনা শান্নরি॥

## সম্ভোগ—আড়া

(পালা) অঙৌবা দোলদা রাধা কৃষ্ণনা চাপ্তোইরি।
মনুনগী কুশিবা যন্ত্রগী স্বরনা আকাশ নিল্লি॥
সখিশিংনা মুংশিনা ঈশে শকই হরাওনা জগোই শাবি।
চক্রগী মওংগুম দোলনা হাইরি ঊবদা পূমঙক ঙকলি॥
ঈকাই ইকি পূথ থাদোকসে মবুংঙোগী থাদা কোল্লি।

উজবদা সখিশিংনা হয়াওজবা ওমথৈ লৈতনা নোকলি ॥
ধবল মোলগী লীলা রসবু কবি রঞ্জনা শকচরি ।

## প্রার্থনা

তোল্লববু চানবিহৈবা মিংলেন তাজবদা পূকনীংদা পেল্লে ।
তৌজ তৌজরুবা পূম্বা হে কৃষ্ণ নন্দ নন্দনবু শোয়ৈ ॥
তোল্লববু চানবিহৈবা নহাকনি ননাইবু চানবিয়ু ।
পূম্নমক্তগী তোল্লবা ঐহাকনি মগোল অহুমসিদা ।
ঐগা মান্নবা পাপ চেনবা অমা লৈত্রে ॥

## আরতি

### মনশিক্ষা-সোকা ৪-৮

ভজ মন ৷ নীংউ পূকনীং রাধা কৃষ্ণ গোবিন্দ হরি ।
ঐগী ইবুংঙো মদন গোপাল শ্রীরাধা মাধব থৌজাল হৈবা ॥
হে পূকনীং কাউগনু শোয়নু তত্তনা অনীগী মিংলেন
রাধা কৃষ্ণ গোবিন্দ হরি ॥

## থৌরান তরাহুমদোইনি পানবা শুক্লা ত্রয়োদশী

### গৌরচন্দ্র

### থোইড়া

নবদ্বীপকী জাম্বুদ্বীপ্তা হুংঙ'ইনা ঝুলন শান্নবি ।
ত্রয়োদশী হুমিত্তা তক্ত ময়াম লাক্লুনা লোয়ননা শান্নবি ॥

গদাধরগী মায়থোং চিংনা য়েংই মুংশিনা থাদা কোনখি ॥
মায়গৈ মরিমক্তা লৈ খূবাম চাইরি জয় ওইরে হায়না লাউরি ॥
মুংঙাইবা ঈপাক্তা লুপথ্রে মরোন অহুমসে মুহন্দদি চিথরি ॥

## শুক্লা ত্রয়োদশী

## দোল শাজন

ত্রয়োদশী মুমিংতা কজবা কাম্যবন্দা
ব্রজগী চান্নবীশিংগা কুলন শান্নরি।
সখিসিংন্ম কোয়শিল্লি চিংনা চিংনা য়েংই
লৈ খূবাম খূবাম দোলদা চাইরি।

## মাল্লিকা—সুত চৌতাল

নৌনা কজরবা লৈগী দোলদা প্রিয়াগা লোয়নন্না শান্নরি।
লৈতনা য়েংতুনা শেমলবা লৈগী যুথীনি;
কব্রং থোরীদালৈনা থামই।
চান্নবী পূকচেল খঙবী সখিশিংনি;
অহিং মুংথিল রাধাবু খজবনি।
মশাগী ওইজবা খঞ্জদবিনী, মবেম্মগী পেঞ্জনবতা খঞ্জবিনী।
বনগী কজবা ঈংলবা মলয়া মুংশিংনা হুম্বদাঃ
উনানা লেঙবদা কজে।

হরাউনা লাক্লনা সুরভী শন্‌বীন্না দোলবু হাইদুনা থোগশ্নে।
সখিশিং চিংনা য়েংইঃ
পিশুমগী মথেক্না নাগর মিংনা ইঙ্গিত তৌই।
মবু ঙো ভাব খঙলবা ললিতানা,
দোলগী থৌরী কন্না লিংলগা থাদোকই ।
"াগনি বিদুনা মবুংঙোবু কোপ্লবদা নীংবা পুন্নমক খুংই।
হায়জে দাস মুহন্না অনীগী নীংথিবা শান্নবগী রসদা লুপচরি।

## সম্ভোগ

## ত্রিপদ

কোকিল খোংলি; খোইমুনা ঙংলি;
রাহোংনা জগোই শারি।
ডান্‌মু কাওঙা; থক্লোংনচিংবা উচেক;
জুরা জুরা পুন্না শান্নরি॥
অনীগী শান্নবা; রসগী ঈপাক্না;
হরাউ সুংঙাইবা মথোই কারি।
মায়থোং চিংনা য়েংই; হন্না হন্না চুপই;
উজবদা মুহন্না সুঙাইজে॥

## প্রার্থনা

## চৌতাল

থোজানগী মশক ওইবা মাধব
তোল্লববু চানবিহৈবা।

হিংচাবা কন্তববু লানবিত্নুনা
ভক্ত বৈষ্ণব ননাইশিংবু কনবিবা ॥

## আরতি

### মনশিক্ষা—পরোজ—একতাল

শোল্লু তত্তনা রাধা রাধা অমৃতবু হেল্লবা।
রাধা কৃষ্ণ রাধা কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ রাধে রাধে রাধে ॥
অপাম্বা বিষয় পূম্নমক থাদোক্লুনা।
শ্রীরাধা রাণীগী চরন্দা চংজরো ॥
হে পূকনীং খোইমু হরাওনা পামজনা।
শ্রী রাধাগী মিংলেন অমৃতবু তক্লনা থকচৌ-ও ॥

## থৌবান তরামরিনি পালবা=শুক্লা চতুর্দ্দশী

### গৌরচন্দ্র

### খোড়া—শ্যামকৈল্যান ত্রিপদ

চর্তুদ্দশী মুমিংতা; রঘুনন্দনগী লৈকোন্দা;
গৌরনা ঝুলন শাম্নরি।
ভক্তশিং মম্নামনা; দোলগী থৌরী পায়ত্নুনা;
তপ্না তপ্না চিংলকলে মায়গৈ অনীমক্তা ॥
পূং ফজনা য়ৈরি; হৌখিবা রঙ্গী ঈশৈ শকলি।

সঙ্কীর্ত্তনগী মুঙাইবা ঈথক হৌরি।
শ্রীনিত্যানন্দনা হিংবা; শান্তিপুরগী শ্রীঅদ্বৈত;
হরিদাস শ্রীরাসসু য়াওরি॥
পুরুষোত্তম সঞ্চয়নচিংবা; কুঙ্কুম চন্দন চাইরবা;
লৈ থূবাম থূবাম চাইথরি।
উদ্ধব দাশনা উজবা; কদৌউদা কংজগবা
গৌরগী মনাইগী মনাই ওইজগ্নুনা॥

## দোল শাজন—খোইড়া

গোবর্দ্ধনগী নোংচুপ্পা কদম পামে লৈকোন্দা;
চতুর্দ্দশী নুমিৎতা ফজরবা লৈগী দোল শেমলে॥

## কৌমারী—ধীমা চারিতাল

আঙাঙবা দোলথক্তা গোবিন্দনা শান্নরি।
আভরণ অপূম্বা ঝননা ঝননা নিলূলি॥
বন বন থূদিংদা। হৈপান লৈপান পূম্বা।
হরাউ তুজুংবগুম ফুগায়ুনা মপাল শারি॥
লৈহিপাম্বা থোইমুশিংনা লৈনমদা ঙাওজ্বনা ঙংই।
আগরু চন্দনগী মুংশিবা মনম্না কুঞ্জপূম্বা থল্লি॥
ব্রজ গোপীশিংনা দোলবু উজবদা কন্না কন্না চিংলকলে।

লাকলে বনগী জীব অপূর্ব্বা হিন্দোল দোল লীলা য়েংই
সুরদাস স্বামিনা শ্রীগোবিন্দগী গুণ হয়াওনা শকচরি ।

## সম্ভোগ—নারদিক

মতমসিদা বাঁশীখোংবা শ্যাম শকহেনবা;
শ্রীরাধিকা লোয়নডুনা ঝুলন দল থক্তা ডান্থোইরি ।
ললিতা বিশাখা সখি মুংঙাই ময়াই কাডুনা;
দোলগী থৌরী পায়ডুনা কন্না কন্না চিংলকলে ॥
শ্রী মতি রাধিকা তাগনি থল্লুবা থোইনা কিয়ে;
শ্যামনা পান্থোম তিংথোক্লুনা কিদনবা থৌরাংবিরে ।
ফজবা অনীমক্তো অমত্তা ওইনা ডান্থোইখরে;
অসুম ওইবা রস অসিবু নন্দ কিশোরদাসনা শকচৈ ॥

## প্রার্থনা—হায়জবা

## সুত—চৌতাল

ওহে তোল্লবগী মপু থৌজানবিয়ু অমুক্তা;
অংগী চরণদা চঙজরিঃ অন্নাবসে কনবিয়ু ॥
ঐনা লঙজক্লবা পাপশিংসে করিদবু হায়ক্লগনি ।
পুক্লমকসে ভরেম্বনি চরণ থম্বাল ভনীদবু পামজে ॥

## আরতি

### মনশিক্ষা—ধুন্মরি

শোন্নুনে ইচিন্দা পূকনীং শ্রীহরিগী গুণ লীলাবু।
ঐবুস্থ লানগনি পূকনীং নওবুস্থ লাঙ্খোকপিগনি॥
ঙসি শিনি পাউচেদে হয়েংশিনি পাউতাক্লে
শিবদি শোইরোইনে। হরি নামবু হরিনা মিংলেন
শোল্লবদি অন্না মৈশা লাংলোইনে॥
হবিনামবু শোল্লবদি তাইবং মৈচাক লৈরোইনে।

## থোবান থানিন (শুক্লা পুর্ণিমা)

### গৌরচন্দ্র

পূর্ণিমা সুমিংতা য়াম্বনা হয়াগুনা মণিবত্তনদনাঃ
অনৌবা শেমলবা দোলনি।
সুরধ্বনী তোর্ব্বন্দা তুঙ্গ পামেন মথোঙণীঃ
রসগী মশক ওইবা গৌরনা ঙান্নি॥
ভক্তশিংনা কোয়শিল্লে তপ্পা তপ্পা দোল হাইমিং
তাল চানা মুংশিনা ঈশৈ শকলি।
উষতই থোঙ্গা থোঙ্গা কত থৈ থৈং
জগোই শানা মুংশিবা খোল হাপ্পুনা পুং ফজনা য়ৈয়ি॥

লাইরাম পুম্বা অতিয়াদা লাইরেম্মশিং লোয়ননা।
জয় ওইরে হায়না লৈ খুরুম খুবাক চাইথরি॥
নরহরিনা হায়জে মরোল অরুব অসেং।
করিদবু হায়সিগে মুংডাইবা ঈপাক্তা তাউরে॥

## দোল সাজল—খোইড়া

শাম্বরি মুন্নাইন্দ্র ম্রুগন শ্যাম গৌরি।
বৃন্দাবনগী তমাল বোম্বা পূর্ণিমা জ্বলিংতা॥
য়াম্না ফক্সরবা মোলথক্তা অবীনা হাইরকপদা।
ফক্সরবা রাশিনা মতুম মতুম লৈনা কচ্ছে॥
কস্তুরি চন্দন্না লৈত্তেংবা মিংম্লা অনোবা নেংহৌওমজববু
কেশর চদন লৈতেংবা নোংখাও কুপাক্রুম ওাল্লি॥

## ধুওরি—সুস্ত চৌতাল

কামবু গুম্মাংলবা কাম্বু গুজ্মাংলবী
বৃন্দ ভুবদা ঝলন দোলথক্তা পুমনা ভাত্রি।
মায়গৈ মরিমক্তা সখিশিংনা কোম্মুদুনা
অনীমক্তী কজববু হয়াওনা য়েংজে।
মুংশিবা স্বরদা শকলকই ঈশ্রেশিং।
তাল চলা পুং মৈরি মখিশিং।

শাবকই জগোই ফিজেং লৈতেং কজনা
হুকপাংগী শাথেক ভঙ্গি তৌদুনা।
ললিতনা লৈগী পরেং চেনশিন্দুনা হুকই,
ইবেম্মা রাধাগী কজবা ভকশমদা।
মায়রোক থম্বান্দা লৈপরেং ভান্নবদা;
উবদা শ্যামগী হকচাং তনিক তনিকই।
নেজবগা কোকিল খোইমু চোংঙা তেনবা,
ইবেম্মগী গুণবু থাগগুনা নংশিনা খোংই।
দাস মুহন্না মায়থোং থাজ উজবদা
পেঙ্গবা ভনখৈ লৈজদে করিগম্বু চাংদম্লসিবা।

## সম্ভোগ

### ইমন—খোইড়া

ফজবা পূন্নমক্তগী হেল্লি সংসারদা,
চোংদমনিংঙাই অমা লৈতে তাইবংদা,
মক্তবা মায়থোং থাজ অনীনা ভাল্লি।
শ্রীরাধা কৃষ্ণগী গুণবু শকরি মায়গৈ মরিমক্তা;
চোংঙা তেনবা কোকিলনচিংবনা হরাওনা শকলি॥
ভংই খোইমুনা যন্ত্র পূন্নমক্তগী হেন্না মুংশি।
জগোই শারি রাহোংশিংনা তাল চানা লৈরি॥
নবহরিনা হায়জবি কোকিলগী মুংশিবা খেপ্লম্বাকনা:
বৃন্দাবনসে ইনৌদম নৌহল্লি॥

## অর্থ ভোর গান ।•।•।।।•

## বিভাষ—তাল দাগা মাত্র ১৬

য়েংউনা থাবনগী ইপোম অসে;
য়েংউ নোইলগী মায়থোং অসে;
ইমক মকশিনখ্রে।
থাগী ফজবা থাবন্দা থম্বালসু ইকাইজরি;
থরোনা হরাওজরি পোমবোমনা শাৎচরি॥
থরোনা নোক্নবদা থম্বান্না ইকাইজরি;
ফজরবা লৈনা অদো ইখুই খুইশিলখ্রে।
হায়রকই থরোনা ও হে তারো থম্বাল;
নংগী নবুংডো থাজদো হৌজিক স্নজীং পাংশ্রে।
তাখরে চংখরে অস্তাচল চীংগী মরুমদা;
অমম্বা মাওথরে অইংবা লৈখিদরে।

## ভৈরবী—খেমটা

হাইরম্বা দোলদো থর থর তপথরে;
প্রেমতনা হকচাং চোংথরে।
অনীগী হকচাং অদো চোকথথরে:
নিংস্না থম্বাল অনীদো উইথরকলে॥

দোলগী মথক্তা পূম্না ঙানবদা;
প্রেমতনা ময়াই কারে।
মবুংঙোগী থোগন ফংবদা পেঙবী;
প্রিয়ানা মুংশি মুংশিনা হঙ্গচ্চে ॥
ঙসিগী মুঙাইবা শাম্নবা লীলা;
পেঙবগী মপাল নাইদবে।
লৈনমগী মুংশিবা মনম্না হুম্বদা
অনীমক্কী প্রেমগী ঈপাক্তা লূপখবে ॥
কোকিলনা মুংশি মুংশিনা খোংই;
খোইনিংনা ফজ ফজনা ঙংই।
বনগী চেকলা মচানা তেংযনা তোয়না খেংই।
ঝি ঝি ঝি খোঙ্জেল্লা নিনলি ॥
অরুনগী মঙাল্লা য়েবদা;
হৈপাল লৈপাল পূম্বা ইলং ইলং লংই।
মায়গৈ তরা ঙাল্লবপা উবদা;
সখিশিংনা কুঞ্জথোঙদা লেপলয়ে ॥

## বিভাস কার্দা

হৌজিকপু ইবুংঙো ঝলেন শান্নখিগত্রা;
প্রিয়াগা লোয়ননা মোমোন নোক্লা।
অরুনগী মঙাল্লা ঙাম্থোইরকলে;

থাগী মঙান্না অসুম অসুম শিথরকলে ।।
ঊষাগী মরক মরক্কা ইলং লংনা;
নুমিংকী মশেক্না ইঙান ঙাল্লে ।
থম্বান্না ফুগায়না শাংলে;
লৈহিপাম্বা খোইশিংনা লৈকাদা ঙংলরে ।।
ঊচেকশিংনা মুংশিনা তোয়না খোংই;
মীয়াম পূম্বা লোইনা মিকপ থোকলে ।
হৌগংলে মীয়াম পূম্বা মমিৎ মমায় তাথোকল্লে;
গুরুজন পূম্বা য়োগংলে ইমা ইবেম্মচিংবা ।।
কমদোনা হৌজিক য়ুমদা চৎকদৌবি;
পূকনীংদা করিস্তু অকিবা লৈতরবরা ।
প্রিয়াগী মুংশিবা রাহে তাবদা শ্যাম;
পূকনীংগী রাখল পূমনমক পেংখরে ।।
হননা হননা য়েংই মায়থোং থাজ অদো;
লুকথরকই নিম্না থম্বালদা পিরাং শিন্থে ।
অনীগী মণিগী ফিজেৎ লৈতেং লাকনবা ঙমদ্রে;
দাস কিশোরনা হায়জ অনীগী সেবাদা ।।
সখী শক্তম লৌজদুনা ফিজেৎ লৈতেংজে ।।

## বেলাবলি

## তিন তাল অচোবা

ফিজেৎ লৈতেংজে মায়থোং থম্বাল য়েংজনা;
চরন্দা খুরুমজে হন্না হন্না ।

তনিক তনিক হাইথরকই লৈমায়দা পিরাং শিটৈ নিম্নাদগীঃ
মশাগী হকচাং মশানা মাগীনি হায়বা কাউখরে ॥
নৌম্বিবীগী ময়োক্তা কাহ্নু জগোই শান্ডুনা;
নুংশিনা বিদায় পীরে চিংনা চিংনা য়েংজুনা।
সুমিংকী মণ্ডল অসে য়াম্না কাখংলকল্লে ॥

## মঙ্গল আরতি—ভৈরবী

কুঞ্জগী মবুংগো কুঞ্জগী মবেম্মা থোইনা ফজনা ঙান্নইরি।
ব্রজরমনীশিংনা হরাওনা মুংঙাইনা মঙ্গল আরতি তৌর ॥
ঘীগী বর্ত্তিনা সনাগী পুখম থম্না হাপ্পই
মৈঙাম্না পূমঙান ঙাল্লি।
অনীগী ফজবা মায়থোং য়েংজজুনা
ললিতানা আরতি হাইরি ॥
সখিশিংনা যন্ত্র ময়াম পায়দুনা মুংশিনা ঝুমুর ছন্দদা শক্লি।
মুংশিবা স্বরদা তাল চানা পূকনীংনা পান্নজবা
পঞ্চম স্বরদা শকলি ॥
সেবাদা য়ামনা হৈশিংলবীশিংনী মঞ্জুরী নীপাননাটিংবীনি।
তোম্লবা পাণ্ডবা গজেন্দ্র দাসনা
অনীগী মিংলেনবু শোজরি ॥
অতৎপা লৈতনা ঐগী লৈয়েংদা;
লেঙদনা লৈরিয়ু কৃষ্ণনাম ॥

## প্রার্থনা দেব চারি

শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনীমকনা ওইহরি ঐগী থরায় লন।
হৃদক হৃয়েংমুক্কী মপোক্তা লৈতে ঐগী কনা॥
যমুনাগী মপান্দা কদম্ব বনগী মন্নুংদা।
অনীমকনা ঙাম্ভোইহরি মণি তাঙবন্ মথক্তা॥
অনীমক্কা শ্রীঅঙ্গদা নিংথিবা চন্দন থৌগঞ্জবা।
য়েংজহুনা মায়থোং থাজ চামর থৌগন চঙজবা॥
লেংজহুনা মালতি পরেং অনীগী ঙক্তা হুকচবা।
অনামক্কী শ্রীমুখদা কর্পূর পানা কচ্চবা॥
ললিতা বিশাখানচিংবী সখী ময়াম অপুম্বা।
য়াথং মতুং ইঞ্জহুনা চরণ থম্বাল থৌগঞ্জবা॥
শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভুগী মনাইগী মনাই ওইজহুনা।
নরোত্তম দাসনা পামজরি পুকনীংদা চরণ সেবা
চবণ কাউদবা পীনবিয়ু;
মপোক মপোক খুদিংগী;
শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনীমক্কী॥

## লালসা খেম—তাল

জয় ওইহরি শ্রীরাধাগী মবুংঙো শ্রীগোবিন্দনা।
কামদেববু শুমহৎপা গোবর্দ্দনবু থাংগৎপিবা॥
শ্রীবৃন্দাবনগী থাজ গোপীগী মবুংঙো গোপাল।
গোকুলগী থাজ মুরুলী খোংবা মাধব॥

শ্রী মধু সুদন মদনমুহন হে মুকুণ্ড।
তোল্লববু চানবিবা মতম পুম্বদা ইমুংদা মুংঙাইবা॥
রাস শান্নবা জগাই হৈবা রাধাগী মবুংঙো।
নঙ্গী নগুণবু শকচরগা মতম পুম্বদা মুংঙাইজৈ॥

## রুপক

খুরুমজরি শ্রীচৈতন্য শ্রীনিত্যানন্দবু।
খুরুমজরি অদ্বৈতবু ভক্ত ময়াম পুম্নমকপু॥
খুরুমজরি শ্রীরুপ সনাতন ভট্ট রঘুনাথবু।
শ্রীজীব গোপাল ভট্ট দাস রঘুনাথবু॥
গুরুদেব তরুকমক্কী শ্রীচরন্দা খুরুমজরি।
মখোয় তরুক্কী থৌজান্দগী য়েক্লবা লৈতে নীংবা থুই
ঐগী গুরুদেবগী চরন্দা হন্না হন্না খুরুমজৈ।
মাগী থৌজান্দগী ফংজৈ ব্রজগী প্রেমগী লন।
অরোইবদা খুরুমজরি ভক্ত বৈষ্ণবশিংগী চরন্দা॥
ঐগী পাঙ্গল লৌশিং পীনবিয়ী বৈষ্ণবশিংনা।
হরি শোল্লু হরি শোল্লু হরি শোল্লু॥

শ্রীশ্রী রাধাগোবিন্দ ঝুলন ধোপ কীর্ত্তন

লোইরবা॥

# দেবী খোপ কীর্ত্তন

## নোংমা পানবা (প্রতিপদ) গৌরচন্দ্র
## তাল—খোইড়া

মতম কুইববদগী পিনথ্রিবা হরি নাম অমৃতবু।
লুববা ল লবা অথোয়বা ভক্তিরসা লইঙবু॥
পিবিগে হায়না চান্নবিত্তুনা শায়লরে কলি যুক্তা।
ফজরবা মণ্ডল মপৈনা তিল্লবা সনামচু হেল্লবা॥
মতমপুম্বদা শচী মচানা ঐখোয়গী থম্মোই মুংদা ঙালবিরসনু।

## কৃষ্ণগী শক্তম—মালকোষ
## চৌতাল।

কোক্ত ব্রাহ্মাং চুরানা লৈতেবা; নাইন্না নাপদা ঙাম্থোঙবা।
মনি নোপুবনা চরন্দা নিলবা সনাফিগে কৈজোম থোনবা॥
চিনবান থোংদা মুকুরলী খোংবা॥
মুংশিবা মিয়েংনা জগৎ মুমহংপাঃ
মুক্তা পরেংনা ঙক্তা লংবা থাজ পরেংনা ঙালবগুম্বা॥

## দেবীদা হায়জবা
### খোইড়া

মতম পুম্বদা মুংঙাঈবা হৈবী ইমা।
তাইবং পুম্বা সুমহৎলিবী মাহা কালি ইমা॥
যুগ যুগ খুদিংদা লীলা শান্নবী ইমা।
অচুম্বা অরেপ্পা লেংদবীনী ইমা॥
ব্রহ্মাণ্ড পুম্বা শিলবা থুংনা লৈরিবী।
মিকোক পরেং করিগী শিরিবি ইমা॥
খংবা ঙমদ্রবা নঙ্গী নগুম্নি ইমা।
ইমাদি জগৎ জিব পুম্নমক্কী ইমানী॥

## (দ্বীতীয়া) নিনি পানবা গৌরচন্দ্র
### আড়া

গৌর শক্তম উরুবদা ইমিংসে পুমগুক ঙকথরে।
থাজ কোটিবু হেল্লবা গৌরাঙ্গগী শক্তমনি॥
থাজনা ইকায়ড়ুনা লোৎলিবনী।
কাম্বু সুমহৎলবা ফিজ্ঞং লৈতেং মুনা লংলবাশমলা॥
করি খন্দুনা শায়োনবনো॥
জগোই শারে সঙ্কীর্ত্তন্দা; তাল চানা পুংঙ্ক্ষজনা য়েরে।

তাক টি কি টক ধুমকিটি টাক নক টাক ক্রানন্‌কিটি টাক ধাঃ
ধুমকিটি টাক ধুমকিটি দিদং ক্রান হায়না পুংলোনয়েরে।
গোপী পুক্লিং হুরানবদো, চুন্না বাঁশি খাদোক্লনা নত্তাদা ঙাবিররে

## কৃষ্ণ শক্তম

### শ্যাম কল্যান—তাল খোইড়া

অঙৌবা মুক্তা পরেং ঙমজবা য়াতোন পরেংনিঃ
মোমোন নোকপা চিনবান্না ঙাংঙুবা থম্বানহেল্লি॥
খোংদা খোংজিনা মুংশিনা নিল্লিঃ
নাপদা ঙানিংথৌ মানবা নাঈন্না লংনা ঙাল্লি।
অঙকপা ফংনা ফজবা শাক্তমনি।
থবাক্তা মুক্তা পরেংনা ঙাল্লিঃ
ঙক্তা বৈজয়ন্তি মালানি।
তুলশীনা হায়জরি লালা নম্বী শ্রীচরন্দাঃ
ঐগী থবাই হকচাং পুম্বা লোইনা কচ্ছরি॥

### দেবীদা হায়জবা—থেমতাল

ঙ,লবিয়ু ইমা শ্রীমাহাদেবগী ওইদা।
গোকুল বৃন্দাবন কুঞ্জদা শ্রীরাধা শ্যান্না ঙালবগুম্না।
উজগেনে কৈলাশদা তুর্গা শিব অনিগী ফজবা শক্তম॥

## হুমনি পানবা গৌরচন্দ্র

### মল্লার—আড়া

থুরুমজরি শ্রীচৈতন্য ধন্য কলি যুক্তা শায়োলবিবা।
নিত্যানন্দ গদাধর লোইনতুনা ভক্ত নরহরিবু॥
মাহা মন্ত্রবু ফোংদোকপিররে ব্রজগী গিরিধারিনা।
নবদ্বীপ্তা শচীগী মচা ওইররে বৃন্দাবনবু থাদোক্লনা॥

## কৃষ্ণ শক্তম

### হাম্বির—খেমতাল

অশংবা ব্রজগী থাজনা ওাল্লিং গুন পুন্নমক্তা তিল্লবা থাজনি
তাইবং মঙ্গল পিবিগে হায়না কুঞ্জবন্দা হরাওনা শান্নরি॥
লুনা পাল্লবা অশংবা মরকট মনিগুমং
কামকেতিবু হেন্না কজবা শক্তুম্নি।

## দেবীদা হায়জবা

### আড়া

থুরুমজরি ভবানিগো জগৎপু লালবিরিবী।
ইমাবু বৈষ্ণবিনী হায়না বেদ পুরান্না হায়রীবী॥
শ্রীকৃষ্ণগী চরণ থম্বান্দা ভক্তি লৈজবা পিনবীয়ু।

## মরিনী পানবা

### গৌরচন্দ্র

### শ্যাম কৈল্যান—খোইড়া

নৌনা ফজবা চন্দনা লৈতেংবা;
গৌরগী শক্তম্না পুক্লিংশে চিংখরে।
ফজনা নৌরবা মুংশিবা শক্তম্নি;
শাগে মৌশিঙ্গী পুক্লিংবু হুরাল্লি॥
নদ্বীয়াগী থাজনা শন্যাশী ওইররে;
রাধাগী রাখদা অঙাংবা ওইররে।
হরি হরি শোল্লি পাম্বোম রাংনা থঙ্গংলি,
অঙাউবগুম লৈমাইথক্তা থরো থরো ওল্লি॥

### কৃষ্ণ শক্তম

### ঝি ঝি খম্বাজ—খোইড়া

শ্রীনন্দগী মচা কৃষ্ণগী শক্তম উরুবদা পুক্লিং হুখরে।
কোকথক্তা রাহোঙ্গী চূরা মালতি পরেংনা য়েংলবা॥
লাইবক্কী কেশর চেন্দনবু উবদা মরোল অহুম হুমহংলি।
অশংবা মনিগুম ফজবা চাইরুংদা নাইম্না হায় হুম্না ভাল্লি॥
ভাগী নিংথৌরেম্নি হায়তুনা ঈশিংদা লৈবা জিব পুম্নমক্তা।

পুষ্প্রি তুরেল থাদোক্লুনা ওয়াম পুন্বা লোইনা পয়শিনক্লে ॥
উরুবদা মাহাদেবনা ধ্যান কায়রবা শক্তমি।
ব্রহ্মানা বেদ খিক্‌না ময়েক কাউবা শক্তমনি ॥
কিঙ্কিনী নোপুরনগী থোঙ্গেন্না অইবং পুপা সুনহল্লি।
গিরিধারিগী চরন থম্বাল্লি মীরাগী থম্মোই লল্লি ॥

## দেবীদা হায়জবা

### থোইড়া

সুশীলকী অথোইবী লান্দা থৌবীঃ
জগাইশানা শানা মাল য়াইদা চংল্লি।
মাইগৈনা কিজেং ওইবী তোল্লবশিংবু;
লালবিরিবী থৌজাল হৈবী ইমানি ॥
লাইরৈম্বীশিং লোইননা পাপিশিং লালবিগে,
হায়না লাজয়াইদা চংল্লি।
চয়ন থম্বান হৈলি পামজবা থোইমুশিংনাঃ
হরাওনা ঙংতুনা পায়বি ॥

## মঙ্গানি পানবা

### গৌরচন্দ্র

### আড়া

আঙৌবা সনা কুচু ওইরক্নে
শংবাম্নবা কুচুদো লোৎখরে।

বংশি পায়বা বাঁশি খোংখিদরে খুত্তা চৈত্ত পায়বিরবে ॥
কুপ্পা মুনা লংলবা শমলাঙ্গী চুরা ব্রজগোপীশিঙ্গী পুক্লিংহুবা।
শেৎখিদরে খ্বাংদা সনাফিগে ফৈজোম;
হৌজিক্কা কৌপিন শেৎপিররে ॥

## কৃষ্ণ শক্তম

## গৌরি—কাফি—( এক তাল ) তাল অমা

কদম পামেন মখোংদা শ্যাম শকহেলবা।
ভক্তা লৈগী পরেং নাপাদা নাইন্না হায় হুবা। ॥
অনোবা নোঙ্গী নোংলক্তা অরংবা নোংথাং কুপ্লিবা।
পুক্লিং হুবা শক্তম খ্বাংদা সনা ফিগে ফৈজোম থোনবা ॥
কোক্তা ব্রাহোঙ্গী চুরা লৈতেং চিনবান্দা মুরুলী খোংবা।

## ( প্রার্থনা ) দেবীদা হায়জবা

## খেমতাল।

হে ইমা শ্যামা দেবী ভক্তি মুক্তি পিন হৈবী।
পামজদে সনা কৃপা ইনাক খুনবা শ্রীচরন্দা চংজরি ॥
মতম পুম্বদা তোল্লববু চালবিয়ু হায়না হঙ্গচ্ছরি।
থৌজাল হৈবী ইমানি ইমাগী ফিংলেন পুমনমক্কা খংনরি ॥
মিকুপ খুদিং অহিং মুংথিন মতম পুম্বদা মুংডাইবা হৈবী
রামপ্রশাদানা হায়জৈ য়েকনবা তক্লকপু লাকশিল্লিবী ॥
অকি অখং অবা অনা পমনমকপু মাংহল্লিবী।

## তরুকনি পানবা
### ইমন—আড়া

পাপ্প্রেমনা খুকউ য়েৌনা চোলবা কুচুনা সনাবু হেলবা ।
সঙ্কীর্ত্তন হৌদাকপিবা নিস্নানা থম্বালবু হেলবা ॥
ব্রাহ্মন শাগে অথোইবা বিশম্ভর যুক্তী ধর্ম্ম তাকপিবা ।
খুরুমজরি জগৎপু মুংশিবিবা থৌজালবিতুনা শায়োলবিবা ॥

## কৃষ্ণ শকুম
### ইমন—চৌতাল

কোক্তা মাহো চুরা নাইম্না নাপদা লাইবক্তা চন্দনা তালবা ।
থবাক্তা গুঞ্জা পরেং;
চেংলবা খ্বাংদা সনাফিগে ফৈজোম থোনবা ॥
নৌরবা শাঠেক অহুমনা চিনবানথোংদা মুরুলী থোংবা ।
শ্রীগোবিন্দনা গোপীশিঙ্গী ময়াইদা ফজনা জগোই শাবা ॥

## দেবীদা হায়জবা (দেবী প্রার্থনা)
### খম্বাজ-আড়া

ওঁকারগী মশক্তি নংদি জিবপুম্বগী থোক্লফমনি ।
য়োকপি থাকপিরিবিনী জিব পুমনমকী ইমানি ॥
য়াদা নাপী চিকলতুনা শ্রীচরন্দা খুরুমজরি ।
ইমা হে স্বধা ইমা হে স্বহা অপোকপী খুরুমজরি ॥

## তরেৎনি পানবা

### গৌরচন্দ্র—আড়া

ঐগী গৌরনা চৈশু পায়বিররে;
শকহেল্লবী রাধাগী প্রেমদা শাউদ্রনা।
শ্রীবৃন্দাবন্দা লিংনা চিংনা য়েংই;
মিস্না থম্মান অনিদা পিরাং শিন্নদে তশুনা।
মতৌসিনা খংবা ওয়ম্ম;
গৌরনা হৌজিক চৈশু পায়রবিবাসি।
রাধা প্রেমগী লমনশিঙ্গে হায়না;
হৌজিক হবি হরি হরি শোল্লরিবনি॥
শ্রীরাধিকাগী প্রেমগী লনগৈ পুশিন্দুনা লাক্লগা;
জগত্তা য়েন্তোকপিরিবনি।
হরি হরি শোন্দুনা লৈমইথক্তা ওল্লিবসিন:
অরেপ্পা মাগী শাখিনি॥
প্রেমগী লমন শিংলরিবনি চৈশু পাম্লহুন;
কোইনা কোইনা চংলিবনিনা।
গোবিন্দ দাসনা হায়জে ইবুংসে ভাবনা যৌগলহরিবনি॥

## কৃষ্ণ শক্তম

### শালিঙ্গ—আড়া

ফুঙ্গনা নোংহৌ ওংজবা কবিগুঙ্গী উরুরবা।
মথেক তংহুম থেকলিবা চুরা ওইদা চেপলিবা॥
তক্লা গুঞ্জা মালা যোন। অনৌবা নোংদা নোংথাং কুমগুম্বা।

## ( দেবী প্রার্থনা ) দেবীদা হায়জবা

### খম্বাজ—আড়া

হে ইমা চালবী দেবীনী নংদিং তোল্লবা ননাই ঐখোইনিং
শ্রীহরিগী নাম্বু শোলত্রবা।
শ্রীহরিগী গুনবু শক্তুবা; ভারত লৈবাক্তা লাকলগা;
পাপ কয়া কয়া লংশিল্লবা ॥
শ্রীহরিবু নিংলুত্রবা ঐখোয়নিং
নিজরোই লন লৈবা শাগে চাওবা;
মিংচংপা শক ফজবা।
শ্রীকৃষ্ণগী চরদা প্রেম লৈজবা পিনবিয়ু ॥

## নিপালনি পানবা

### গৌরচন্দ্র

### ইমন—খোইরা

ফুঙনা লোংহৌ ওজবা কুচু উরেদে ঐনা গৌরাঙবু।
সনাগী কুচুনা মপান্দা য়োমলেং
অশংবা কুচুনা মথুংদা লোংলে ৷৷
বাখল শাঠেক উবদা মাথু মুন্না থংলেদে ৷৷
রাধাগী মবুংডো শকহেনবা;
কৃষ্ণ ব্রজগী শকমদো পংথেলোং লোঞ্ঝে।

লোৎপদা চিংথরে খোই খোইবা মিয়েংঃ
মুংশিবা মিয়ে উবদা খংলে।
ব্রজ নিংথৌ মচা শ্রীকৃষ্ণনি হায়বা ।।
ব্রজগী নৌরবী ব্রজগী নৌরবা অনিনা অমত্তা ওইহনরিবনি।
বাঁশিনা রাধা রাধা খোংলম্বদোঃ
রাধা প্রেমগী লমন হরিনামনি ।।
ব্রজদা ওইরমই অমুবা থাজঃ
খোংলম মুংশিনা মুম হৎপা বাশি।
হায় অওকপনি হরি হরি শোল্লিঃ
হরি নামনা তাইবং লালবিররে ।।

## কৃষ্ণ শক্তম

## শালিঙ্গ—কৌরালি

অনৌবা নোঙ্গী মচু শাংবান্নবাঃ
কঞ্জবা অওকপগী শক্তমনি।
নৌরবা শাঠেক অহুমনি;
রাশি লৈনা কঞ্জবাঃ
মোমোন নোকপা চিনবান্নি ॥
কোঙ্গা বাহোঙ্গী চুরামালতিঃ
বকুলগী পরেংনা ম্রেৎলবাঃ
খোইমু লাবা অমোমনঃ হরাওনা লৈহি চুপশি।

চিনবান্দা মুংশিনা বাঁশি খোংইঃ
নোংদা নোংথাং কুপ্পগুম মনাফিগেনি।
ফজবা মাইথোং থাজনি রাশি লৈনা ফজবা;
জগত সুমহৎপা শক্তিম্নি।
থাংদা সনাফিগে কিঙ্কীনিনা নিলব';
সনাগী নোপুররনা নৌরবা খোংদা।
রুনু রুনু ঝুনু ঝুনু মিরবা খরনা মুংশি মুংশিনা নিল্লি॥

## (প্রার্থনা) দেবোদা হায়জবা
## ইমন—খোইড়া

চানবীয় ইমাঃ থৌজাল হৈবী
পুক্নিঙ্গী লৈরাং কচ্ছরি চরন্দা।
হৈথাগোক মনাঃ লোইননা গঙ্গাজল
কচ্ছরি শ্রীচরন্দা॥
জবাকুসুমঃ লৈহাও কেতুকীঃ
লবঙ্গ মালতি পরেং।
অঙাংবা থরোঃ অঙৌবা থম্বানঃ
মনা চামনিপান কচ্ছরি॥
ইমাগী থৌজালাঃ শ্রীরামরঘুবিরনাঃ
লঙ্কাগী রাবনবু লালবিথী।
গোকুন্দা গোপিশিং; ইমাগী থৌজালনা

ফংজখি নন্দগী মচা কৃষ্ণবু ।।
হে ইমা কট্যায়িনী; শ্যামা দেবী জগদম্বী;
ভবাণী দুর্গে ।
হে বৈষ্ণবী শ্রীকৃষ্ণদা ভক্তি লৈজবা পীনবিয়ু;
য়া দেবী সর্ব্ব ভূতানাং মাতৃরূপেন সংস্থিতা।
নমতস্মৈ নমতস্মৈ নমতস্মৈ নমঃ নমঃ ।।

## ( নবমী ) মাপননি পানবা

## গৌরচন্দ্র

## সিন্ধু-খোইড়া

অঙকপনি হে গৌরাঙ্গ; উখিদরে শংবাম্নবাকুচু;
শায়োম্লরে নবদ্বীপ্তা অঙৌবা কুচুনা ।
কুম কুম চন্দন টিংবা; পামজবা পুম্বা থাদোকখরে;
হকচাং পুম্বা কৃষ্ণনাবু পামজনা থিল্লরে ॥
কোকথক্তা বাহোঙ্গী চুরা; মালতি পরেংনা য়েৎপা;
ফজবা চুরাদো কদাইদা লৈগ্রে ।
রাধাগী রাখন্দা; লুপলচুনা নংনা;
ডরকৌপিন শেৎপিরে ॥
ব্রজগী রাখালশিংগা; বণবী বণাও শেল্লমদো;
মুংশিবা মরুপশিং কদাইদা লৈগ্রে ।
নিংখিবনা অরেপ্পা ওইনা; পামজনা চৈশু পায়রে;

হরি হরি হরি তত্তনা শোল্লরে ॥
প্রেমচাদনা হাৎরক্নে; ওহে প্রভু গৌরহরি;
হৌজিক লীলা পুম্বা কাউব্বিথরে ।
নিংখিবা রাখল অহুম; পাংথোকে হায়না;
রাধাগী কুচু ওইবিররে ॥

## কৃষ্ণ শত্তম
### খম্বাজ—ঝাঁপ

য়েংউ অনৌবা নোংহৌ কুচু হেনবা, লংলবা শংবাক্লবা হকচাং ।
লেংদবা নোংথাং কুপলিবা সনা ফিগেফেজোম শেৎলিবা ॥
হায়নিংঙাই লৈত্তবা অরুবনা ত্তিনবা;
বিধিনা করম তৌনা শেমলিবা ।
উরুবদা সতী ওইবী শাগে মৌশিঙ্গী ধর্ম্ম পুম্বা মাংহল্লিবা ॥
ইকাই ইকি ধর্ম্ম পুম্বা লোইনা খংদোকলত্নুনা শাগেগী রাংমদা ।
কক্ববা শক্তুম্না ওইবা মাগী মনই ওইক্নিংবা পুক্নিংনা পামজে ।

## ( প্রার্থনা ) দেবীদা হায়জবা
### সুরট পোৎম—খেমতাল

শ্যামা ইমাগী কক্ববা চরণদা পুক্নি হকচাং লোইনা চংজরি ।
নিংজরি শ্যামা ইমাবু যন্ত্র মন্ত্র পুম্বা থাদোক্লুনা ॥
কালি ইমাগী চরন থগ্নানগী অমৃতবু ঢৎপচৎনা থরাই ইংজরি ।

## (দশমী) অরানি পানবা

### গৌরচন্দ্র আড়া

গৌরনা লৈম্নাইদা হায়থরকপদা নরহরিনা কোনখৎলি ।
নিংথিনা ভাকশেন্নে শ্রীনিত্যাইনন্দ অদ্বৈতগদাধর লোইলবি ॥
মশাগী মগুন সঙ্কীর্ত্তন্দা পূক্নিং হুকচাং লোইনা মুমহৎলি ।
শ্রীরাধাগী রাথন্দা লুপলদুনা থম্মোই থক থক নিকলক্লি ॥
অওকপা প্রেমগী মচৎনি মাগী জগত্তা কনানা খংবা ঊমগনি ।
সমুদ্রগী ইয়াইদা জুঘার কাবগুম প্রেমগী ইথক ইপোম হৌরি ॥
গোষাঞ্জি আনন্দ চান্দনা হায়জৈ তাবিয়ু;
জিব পুম্নমক্তা খংহন্বরি ।
নিংউ গৌরগুনমনিবু প্রেমতনা;
শায়োল্লবা তাংলবা ইবুংঙোনি ॥

## কৃষ্ণ শক্তম

### মল্লার—আড়া

য়েংউ ইতা শ্যাম শকহেলবা অনৌবা নোংহৌ ঊমজবা ।
মাবু হেক উরুবদা ঐগী থম্মোইন্নুংদা চংদুনা লৈগ্রবা ॥
মপান্দা অমুক থোকলক্রে;
মংথক অহুমনা থম্মোই মুংদা ঙাল্লিবা ।

## (দেবীদা প্রার্থনা) দেবীদা হায়জবা

### সিন্ধু—খোইড়া

ইমাবু কনানা খংবা ঙমগনি।
শ্যামা ইমানা পুম্নমক ফনবা শেমলিবনী॥
অশংবা মেনানবা অঙৌ1' অছাংবা মচু পুম্নমক্ক লৈতেংবিনী।
করম্বা মশক্কো কয়ি মগুনো,
কনাম্ন খংবা ঙমলোই মহৌশানা তৌবা ঙম্বিনা।
যামনা লুরবী পুকচেন ফজবী;
অমকপা লৈত্রবা তক তরুবী শ্যামা ইমানী।
মুপা মুপী অমসুং সন্যাশী পুমনমক্কগী অথোইবী;
তেংপ তোপ্পী শ্যামা ইমানী॥
কনানা মাবু খঙনী কলক মিহৌনা থল্লবা;
সংষারগী লাইথুংনা ঙাউরবা জিব ঙাক্পি।
কমলা কান্তনা হায়জৈ খংবা ঙমদবা;
ইমাগী ময়ানি মাগী থৌজালন্না শ্রীচরনবু ফজবনী।
ইমা ইপা শাগৈ নাতৈ পুমনমক্কী;
অরা অনং পুমনমক কোকগী হৈবী শ্যামা ইমানী॥

### ভৈরবী—খোইড়া

লৈতে লৈতে হরি নামগা মান্নবা লন অমা।
লৈতরে হরি নামগা চাংদমনিংঙ'ই অমা॥
আগম নিগম পুরান পুরানতরা নিপান্দা।

শুকনা হায়রি শ্রীমদ্ভাগবত পুরান্দা ॥
তীর্থ চেৎপা ব্রততৌবা দানকৎপা যজ্ঞ তৌবা।
চাংদম্বা য়াদে হেল্লি হরি নাম শোল্লবগা ॥
শ্রীকান্তনা হায়ই জিব লৈরিবা পুমনমক্তা।
হরি নাম চিন্তামনি লনবু তত্তনা শোলবিয়ু ॥
হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে।
হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে ॥

## দেবী আরতি

### করুন—শ্রীদেব চালি।

জয় ওইরি আরতিনা দেবী ইমাগী।
চংজরকপা ননাইশিঙ্গী অকিবা কোঃহবিরিবী ॥
লংলবা ফজবা সনগী ফিজোল্লা লৈতেং ওইরিবী।
শিগ্রেং শিন্দুর লৈতেংনি খোরিদা মণি লীকথাংনী ॥
ব্রহ্মা সোরারেন্নশিবা লাইয়াম পুন্না খুকমলিবী।
থুবাংতরা লোয়া সিদ্ধ মুনিশিংনা মাংদা স্তুতিকৎলিবী ॥
মোইবুং ভেরী শরিক বেন্নু কাংশী তেনইনা তোইনা য়ৈরিবী
লাইগী লাইরেম্বাশিংনা চামর থৌগল তৌজরিবী ॥
রাম প্রসাদনাসনা খুরুমজরি ইমাগী শ্রীচরন্দা।
মপোক মপোক খুদিংদা শ্রীগোবিন্দচরন কাউহনবিয়ু ॥

## শ্রী শ্রী রাধা গোবিন্দজীউগী
## যাল থৌপলগী হোলি ইশৈ
### গৌরাচন্দ্র
### বসন্ত—আড়া

শান্নরি শ্রীগৌরাঙ্গ বসন্তদা ভকলবা লীলা।
হরি শোল্লি জগোই শান্নি ২ পাম্বোন থাংনা থাঙংলি॥
ভাবপু নিংশিংলব্রেনে; ব্রজগী ভাবপু পুন্নিংদা।
মাশে অমদা গৌরাচান্দনা মিচং থায়ত্নুনা লেপ্লে।
মিচত্নুদা গৌরাঙ্গনা লুচিত্নুনা লেপ্লুনা লৈরে॥
ভক্ত ময়াম লোইনত্নুনা চান্নরবা গৌরগদাধরনা লেপ্লে।
গৌরিদাসনা পিচকারিদা হাপ্লি চন্দনগা য়ান্নবা আবির মহি॥
ভাংলবা গৌরনা থোইনা ফজরে চন্দনগা য়ান্নবা আবিরনা ভাল্লে
ও ও ও চন্দনগা য়ান্নবা আবিরনা ভাংলে;
মৃগমদ কস্তুরি কুঙ্কুম চন্দনা য়ান্নবা আবির মহি থন্না কাপপি॥
হো হোলি শান্নে চন্দন মহি কাপপি;
থৌমল্লি চন্দন মহিং গৌরবগী মাইথোং ফজদা॥

### শ্রীরাধা গোবিন্দ হোলি।
### লেগ্নর

সুংভাইনা হোলি শানৈ নন্দগী মচা কৃষ্ণনা।
শান্নরি নন্দগী মপান্নি শ্রীরাধিকা লোয়ননা॥

শ্রীগোবিন্দ ইবুংঙো আবিরনা পুমডাং ডাংলে।
শ্রীমতি রাধিকাসু আবিরনা পুমডাং ডাংলে॥
মুংডাইবা ওমখৈ লৈতরে হন্নাওনা হোলি শান্নরে॥

## কাক

হোলি শানৈ গোপীশিংনা মাইকৈ মরিদা কোয়রুনা।
ব্রজগোপীশিংনা আবির চাইরি শংবান্নবা শ্যামদা॥
কান্নুনা আবির চাইরি কজরবী মাইথোংদা
হন্না চাইরে শ্যামদা আবির খুবাম খুবাম।

## দেবচালি

নৌরবা বৃন্দাবনসে ফজনা পুমডাং ডাংলে।
শংবান্নবা ইবুংঙোদো আবিরনা ইডাং ডাংলে॥
মীচং মীচং মীচং নাইনা লেপনরক্লে।
কৃষ্ণগী মীচং রাধাগী মীচং মীচং নাইনা লেপনরক্লে॥
বৃন্দাবন্দা রাধা কাহ্নু মুংডায়না হোলি শানৈ ।
চাইরি মৃগমদ মলয়জ কুঙ্কুম আগরু চন্দন মরিক ২;
আবিরসু চাইরি হন্না ২ চান্নবী রাধিকাগী মাইথোংদা;
শ্যাম চান্দনা হন্না হন্না চাইরে॥
রাধাগী খুৎপু পায়রুনা নন্দগী মচা তৌডমদবা কালানা;

চায়রবী রাধাগী মাইথোংদা হন্না হন্না চাইরে।
ওইখো ওইখো ইবুংঙো আবির চাইবা লেপ্পিয়ু।
কন্দীগীনো ইবুংঙো করিগী মুংশিবিত্রিবা॥
ননাইনি ননাইনি শ্রীচরনগী ননাইনি।
ঐদি পাঙ্গল শোল্লবী তোল্লবিনী করি ইরাল লৈবগেনে॥
ননাইনি খল্লবিত্তুনা আবির চাইবা লেপ্পিয়ুনে।
হোলি শান্নবা লেইবত্তুনা সিংহাসন্দা ভাগ্নে॥
সখিশিংনা মাগী মাগী থৌগল শেবা চংজরে।

## প্রার্থনা-হায়জবা

রাসেশ্বরী শ্রীগোবিন্দ থৌজালবিয়ু ঐখোইবু।
মপোক কুটি খুদিংমক্তা প্রেম সেবা পিনবিয়ু॥
মপোক মপোক খুদিংদা ননাই ওইনা থম্বিয়ু।
রাসেশ্বরী শ্রীগোবিন্দঃ

---

থাল থৌগল হলি মতাং অসিদা লোইরে॥
ঈশৈ পরেংশিং অসি থাল পালশিংনাঃ
গোবিন্দা থৌগল তৌই।

## যোগি হোলি
### গৌরচন্দ্র
### বসন্ত আড়া—ঠেকা

ফোংবিরি (প্রভু) জগৎতা শ্রী গৌর হরি;
নাদিয়াদা মানা ঙালবিরি ॥
ভকতন কুঙ্কুম চন্দুনা ঙালবিররে ॥
ব্রজা ব্রাসিগী যুম যুম চংহুনা;
মাখল হুরি কন্হাই ॥
সুম্বলদা পুনহুনা ব্রারকপদা
মনা যমলার্জুনবু লাল্লবিখি।
ব্রজবু কলবি গোবর্দ্ধন থাংগৎলি ॥
মমা মপাবু পুল্লস্বা থাদোকই।
কংসবা উমদ্রবা ফীজিদা পুল্লকপা; সুদামগী চগেন।
পামজনা মুন্দুনা হরাওনা চাবিরি॥
শ্রী রাধ রানীগী প্রেমগী লমননা
নৌবিরি অঙৌবা কুচু (ললা)
পাপীশিংবু লানবিগে হায়না
হরি নাম অমৃতবু য়েনবিনি॥
ব্রজদা সুরদাসনা শকটে কান্হু কানু হায়না
হৌজিকনা হরিদাসনা তৎতনা সোলি;
জগাই মাধ ইস্নু লালবিররে॥

## চৌতাল

বৃন্দাবনগী ইংলবা কজবা বংশী বটকী শানকম উক্লম ॥
নিধুবন্দা কোকিলগী হুংশিবা খোম্মোকনা হায়াওনা খোঙই ॥
যমুনাগী লুরবা ইরেলন্দা, কদম পাম্বীগী মমি কজনা তারি ।
কম্বরী লৈরাংশিং শাংলি চাংদযনিং ঙাই অমা লৈত্তরি ।

## তাল—পট

গ গ গপরে, গপ ধপ র্স র্স॥
পধ প গপরে; গপ ধপ গরে সরে ।
গপ ধপ র্স র্স র্সরে´ র্গর্প র্গর্পরে´ ।
রে´ রে´ র্সনি র্স ধপ গপ ধপ গরে সরে ।

## তাল—লেজর

নন্দগ্রাম্ বররাদা কোইনা শানৈ কহ্নেয়ানা
মধুপুর গোকুলগী য়াইদা লুববা যমুনা ইচেলনি ॥ ( লাল।)
লৈরহনা কহ্নাই পিচকারি কাপ্পী ।
অবিরা মহিনা পুমচোং চোংলি ।
কজয়ে কোক্কী বাহোঙ্গী চুরা।
অবিরনা পুঙাং ঙাঙলে ।

## প্রার্থনা—হায়জবা

### তাল্ অমা

খুরুমজৈ শ্রী বৃন্দাবন উজবা শোকচবা
কাউদবা শীনবীয় ।
মুংশিরবা তুলশী মনফমা থল্ল বর্ন ।
শ্রী রাধা কৃষ্ণনগী শানফমনি ।
যমুনাগী হিন্দেল ফজবা মপালগী লৈকোল্ল
থরো থম্বালগী পুক্রিং ।।
হৈকোল লৈকোল, ফজবা পুক্রিং
শ্রীনন্দাগী মচা শ্রীকৃষ্ণগী শানফমনি ।
কুঞ্জ কুঞ্জ নিকুঞ্জ মনিগী লাইশং
ঋতু তরুকনা থোগলবা বননি ।
কুণ্ড কুণ্ড রাধ কুণ্ডবু খুরুমজৈ ॥
চীঙ্গী নিংথৌরেল শ্রী গোবর্দ্ধন্নি ॥
বংশিং রটকী মনাক তোমাল বন্নি ॥
কেলি কদম্বগী ফজবা লৈকোন্নি ।
শ্রী রাস মণ্ডলদা গোপিশিংগী পুক্রিং পেঙ্গবা,
ভগবতীগী লাইনিংফম্নি ॥

যোগি হোলি লোইরে ।

হোলি ঈশৈশেদি মথন য়ামই পান। মরিগী হোলি ঈশৈশেদি অরেপ্পনি। মতুগী মনুংদগী; য়াইস্কুল পানাগী ঈশৈশে লৌখৎচরি ॥

## হোলি দলগী ইশৈ

### গৌরচন্দ্র

### বসন্ত—আড়া

হরি শান্নরি; গৌর শকহেনবনা;
য়েংউ নবদ্বীপ অসিদা।
গৌরগদাধরগা; লোইননা শান্নে;
নুংঙাইবা ঙমখৈলৈতবে ॥
থোগল্লি রস খংলবা; ভক্তশিঙ্গা লোইনৈ;
অস্নুম্না গৌরকিশোর নুংঙাইন শান্নরি ॥

### ঝাক-লেজর

আবির পায়রি চৈতন্য নিত্যাই;
চাইরি গদাধরগী মমাইদা।
হবাওনা চাইরি; রাধিকানি খন্দুনা গৌয়না;
ব্রজরসবু নিংশিংহুনা ॥
গুনগী মশক ওইবা গৌর; ব্রজ প্রেম্না ঙাউরে;
ব্রজগী শকহেল্লবী কুঞ্জদা শান্নহেবী।
শান্নবা হরি লীলা কুম্মে।

শাম্মখিবা অনিগীঃ বসন্ত হোলি লীলা;
নিংশিংজনা ওসি শান্নরী ॥
চুৱাচন্দনগী মহি; পিচকারি থম্না হাল্লিং
শ্যাম শকহেলবা হন্না হন্না কাপ্পি।
ললীতা বিশাখানচিংবী; গোপীশিং ময়াম্মা কোইশিল্লিং
রাধিকানা আবির খুবাম চাইরে ॥
সখীময়াম্মা হবাওনা চাইরে; লৈজনা খাংই রাধিকা মরমদা
জ্ঞানদাসনা পুক্নিং পেগ্গরে উজবদা ॥

## চৌতাল

ইতা লাক্লে ঋতুগী নিংথৌ বসন্তনা য়েংউ ওসি।
পাঙরি খোইমুশিংনা মাধবী লৈরাং তম্না তম্না ॥
সনা মচু কুশুমলৈ লবঙ্গ লতিকা লৈরাংদা।
নোরবা বৃন্দাবনসে খেইনা হেন্না ফজরেদা ॥
বিদ্যাপতিনা হায়জে মুংও ইরবা মতমসিদা।
কিংশুক উশাদা তোংজনা কোকিল্লা খোংই পঞ্চমস্বরদা ॥

## কাফ

হো হোরি শান্নে ব্রজদা অঙকপনি।
আকাশদা ভাংলবা আবির মচু মচুনা থল্লি ॥

ইথক হৌরি যমুনা ভাংলবা ইপোমনা।
ঙানা শান্নরি চোংহুনা চোংহুনা॥
আবিরগী ইপোমদা মুংঙাইনা শান্নে।
বংসী স্বর তাবদা শাধু হরাওনা য়েংজে॥

## সোকা

হরাওনা শান্নরি ইভাংসু ভাংলে॥
শ্রীরাধা গোবিন্দসু ইভাং ভাংলে॥
শ্রীবৃন্দাবনসু পুমভাং ভাংলে।
ভাংলবা ভাংলবী কোকিলা কোকিলী॥
ভাংলবা ভাংলবী কোকিল লাবা অমোমনা
মুংশিনা ইশৈ শকলি।
যাতি যতী মালতী মালিকে ২ ফুগাইনা ভাংনা শাংলি॥
ময়ুরা ময়ুরী কোকিলা কোকিলী মুংশিনা ঈশৈ শকলি।
বাহোং লাবা অমোমনা কোকিলগাবা অমোমনা
মুংশিনা ইশৈ শক্লি॥
ঋতুগী নিংথৌ বসন্তদা॥

## ফাক তাল

শ্রীরাধা গোবিন্দ; নৌরবা বৃন্দাবন্দা;
শান্নরিনন্দগী মচা ইবুংঙো ।
শ্রীরাধা গোবিন্দঃ অনিগী ফজবা হকচাং;
নৌরে পুমঙাং ঙাংলে ।
নৌরবা লমদা থাদা; ফজরবা নিধুবন্দা;
শ্রীরাধা গোবিন্দসু ঙাংলে ॥
নৌরবা বৃন্দাবন্দাঃ শ্রীরাধা গোবিন্দসু;
পুমঙাং পুমঙাং ঙাংলে ।
ইনৌ নৌরবাঃ শ্রীবৃন্দাবন্দা;
রাধা কান্হনা ঙাম্থোইরি ॥

## থুংঙারী

হন্না হন্না চাইরে আবির রাধাগী মাইথোংদা ।
চাইরি মৃগমদ মলয়জ কুঙ্কুম আগরু চন্দন মরিক ২ ॥
চাইরি শ্রীরাধাদা আবিরনা পুমম মমলেনে ।
হন্না হন্না চাইরৈ মুংশিনা রাধাগী মাইথোং থাজদা ॥
শ্যাম চান্দনা হন্না হন্না চাইরে ।
ঙাইথো ঙাইথো ইবুংঙো করিগী মুংশিবিত্রিবা ।
ঐদি পাঙ্গল শোলবিনী করি ইরাল লৈবগে ॥

ননাইনি ননাইনি শ্রীচরনগী ননাইনি।
চালবিদুনা লেপপিয়ু পিচকারি কাপপা॥
ঐনা চংজরি নঙ্গী শ্রীচরন্দা মমল য়াওদনা ননাই ওইজগে।
তাঙ্গা: ঋংতুনা রাধানা শ্যামগী খুৎপু ফারে।
আবির মহিনা থল্লবা পিচকারিনা থল্লে শ্যামদা॥
মু.ঙাইবা ঙমখে লৈতরে; হোলি লীলা শান্নে।
শান্নবা লোইরদুনা ঙাম্বোইরে অনিনা সিংহাসন্দা।
সখীশিংনা মাগী মাগী থৌগল সেবা চংজরে॥

## প্রার্থনা—দেব চালি

শ্রীগোবিন্দ ইবুংঙো চরনগী ননাই ওইজগে।
হন্না হন্না চংজরি: তোল্লবনি খন্দুনা থৌজালবিয়ু॥
প্রেম সেবা পিনবিয়ু; ননাইশিঙ্গী মরক্তা ঐবুচিংশিলবিয়ু।
শাগী মপোক্তা পোকলবসু চরনগী নাক্তা থম্বিয়ু॥

লোইরবা

## শ্রীশ্রী গোবিন্দজিউগী
## শ্রী জগন্নাথগী জিউগী থোগন ইশৈ
## চৈতন্য সম্প্রদায়গী থুবাক ইশৈ
## গৌরচন্দ্র—সাড়া

খুকমজরি শ্রীশচীগী মচা ইবুংঙো গৌর ।২ ।
খুকমজরি গৌরহরি নবদ্বীপ্তা শায়োলবিবা ॥
প্রেম কৌবা লনবু জগত্তা য়েনবিরিবা ।

## পালানা কোয়না চৎপা
## চোলোম তোবা
## তাল থা অহুম

শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভু; জিবপুম্বগী মপু;
হে পুক্নিং থরাইগী মপুনি ।
নঙী মিম্না থম্বানা; মুংশিনা য়েংবিয়ু;
ঐবু কদৌঙেনো চালবিগদৌবা ॥
দেপ্পা :— খুরুমজরি শ্রীশচীমচা ইবুংঙো ।

## সারাঙ্গা

কাঙ্গী থৌরি থাপা পায়তুনা;
চিংলক্লে গৌরনা কল্মা।
শ্রীজগন্নাথগী মাইথোং চিংনা য়েংই;
অস্লম্না য়েংতুনা লৈরেনে॥
শ্রীজগন্নাথগী মাইথোং চিংনা য়েংই॥

## তাল—অমা

খোল করতাল তাল চানা য়ৈরি;
পং য়ৈবি খুবাক তাল চানা খুরি;
শ্রীজগন্নাথগী মাংদা ইশৈ শকই।
শ্রীজগন্নাথগী কাং কোয়রতুনা;
ভক্তশিংনা কাং কোইর কোইরতুনা;
মাইথো থাজ চিংনা য়েংই॥ ২॥
প্রেমদা লুপ্তুনা শারি জগোই,
ইশৈস্থ শক্লি মুংঙাযনা।
মুংঙাঙ্গবা ঙমখৈ লৌতেনে;
প্রেমদা লুপ্তুনা শাম্নরি॥

## তালধা অনি

ব্রজগী রাখল পুক্লিংদা ফাওরক্লে,
হৌখিবা রাখদা গৌরদো অরাব, ওইরে।
রাখলগী ইপাক্তা লুপখ্রে গৌর ॥
গদাধরবু য়েংলগা কপ্পা কপ্পা হায়রে।
অক্রুরগী কাং খাম্মু হন্না হন্না হায়রে ॥
কৈদনো ও কৈদনো রাধাগী থরাই ওইবা।
কদাইদা চৎলি কদাইদা চৎলি রাধাগী থরাই ওইবা ॥
থরাইগী মবুংঙো তোল্লবিবু থাদোক্লুনা কদাইদা চংলিবা।
মাইথোং থাজ থাঙ্গত্তুনা অমুক্তদি য়েংবিয়ুনে ॥
ননাইগী কনা লৈজদে থরাইগী মপু মাধব।
কনাগী মাইথোং য়েংতুনা থরাইসে হিংজগনি ।।
তাবিয়ু ইবুংঙো থরাইগী মপু তোল্লবী রারবী কনা লৈত্রবা।
ঐবু থাদোক্লুনা করিগী চৎলি অরাপ্পদা ॥
হে ইবুংঙো করিগী নংনা অস্তুক মুংশিবিত্রিবা,
লাইবক থীবী ঐবু ॥
হৌজিকপু ব্রজ থাদোক্লুনা চৎলবরা,
গোপী ঐথোইদি করমনা হিঙ্গনি ।
ব্রজগী থাজ কদাইদা চৎলিবা,
ননাইগা কনা লৈরিবগে থরাইগী;
মবুংঙো মাধব ॥

তাল অমা

তাবিযুন ইবুংঙো; ঐখোইবু থাদোক্লুনা;
কদাইদা চৎলিবনো।
নঙ্গী বৃন্দাবন; থাদোক্লনা ন.না,
অসিদা করি তৌবিবা॥
ব্রজগী থরাই, ওইবা নং নত্তনা,
কনাবু য়েংহনা হিঙ্গনি।
কনাগী মাইথোং, য়েংহনা হিঙ্গনী,
ব্রজগী জিবশিংনা॥
কলমল্লি থম্মোইদো, থরাইগী মপু
ব্রজগোপী ঐখোইনা,।
কনাবু য়েংহনা হিঙ্গীনী।
আ উং ঃ া ঃা আ আ, আক্রর আক্রর,
কাংথামু ২ ঐখোয়গী ইবুংঙোনি॥
ঐখোয়ইনা পোকপদগী, হিংলিবা অসে
মাবুদ' য়েংহনা হিংবনি।
অমুক্তদি য়েংবিউগবা, মুংশিবা মাইথোংনা,
মুংশিবা আ আ আ আ আ আ আ॥
অমুক্তদি নঙ্গী, মাইথোং থম্বান,
য়েংজখিগে ইবুংঙো॥

কপ্পা কপ্পা, রাধানা হায়ঙরি,
মবুংঙোবু য়েংঙরি ॥
অস্থম ওইবা, রাখল পুম্বা,
গৌরনা খল্লিনে ॥
থুপলবা রসসিবু, বাসুঘোষনা,
তত্তনা শকচরি ।
তোল্ল ঘনঞ্জয়না পামজরি ॥

লোইরবা

## অহবাহন কৌজবা

### গুটাএক তাল—তাল অমা

লেংবিরক্লো থম্মোইনুংদা গৌরাঙ্গ শক্তম উইলবিরো ।
শ্রী চরন্দো থম্মোইনুংদা লাচ্চতুনা নঙ্গী মিংলেন শোঙগে ॥
পামজরিয়ে পুক্নিংদা ভক্তশিঙ্গা লোইনতুনা ডালবিররো ।
হরি নাম অমৃত শোঙতুনা চাকলবা থরাইসে ইংজগে ॥
তাজরিয়ে পুরান্না লাওরি হরি নাম অমৃতগী মগুন ।
লানবিখরে পাপিশিং ময়াম শাক্ষি ওইরি অজামিল্লা ।।

## খুংগুরি

লেংবিরক্লো গৌর নিত্যাই ব্রাহ্মন শাগে অথোইবা।
ব্রাহ্মন শাগে অথোইবা; ভালবিররো থম্মোই মুংদা ॥
ঐথোইদি যন্ত্রণা মথক্কি নংনা যন্ত্র পায়বনি ।
খোংবিররো রৈবিরয়ো শাকপিরয়ো নঙ্গী নগুন ॥
তোক্ল ধনগ্নয়না পামজস্নি নমাই ওইজবা।
পূজা তৌজগে, থম্মোইমুংদা লাচ্চতুনা;
পুক্লিং তুলশী ভক্তি চন্দন কন্তুনা;
ওইরোনে কীর্ত্তন; লেংলক্রবদি নংনা;
কীর্ত্তনবু মুংঙাইবা পিনবা হরিঃ
লেংবিরক্লো লেংবিরক্লে ভালবিররো ॥

## বৃন্দালন যাত্রা—বৃন্দাবন চৎপা।

### টেউৎ তাল

নোংমদি প্রভু ২ চাম্নরবা ভক্তশিঙ্গা লোইনন।।
শাগে জগোই সঙ্কীর্ত্তনদা প্রেম্না ময়াই কাতুনা ॥
হরিগী মিংলেল্লা নিলখরেঃ মুংঙারবা উমথে লৈতরে ।
লুরবা লীলাদা তাওতুনা; মুংশিবা প্রেমগী ইপাক্তা তাওতুনা ॥
মিথ্না থম্বান্দা পিরাং শিন্থে; গঙ্গানা ইথৌরকপগী মতৌগুম্না
সঙ্কীর্ত্তন্দা অদ্বৈতনা পুংরৈথক্লে;
ত্রাংত্রাং দৃমি দৃমি পুংলোন ফজনা য়ৈরক্লে ॥

## এক তাল—তাল অমা

য়ৈরক্লে পুংলোন যক্ত যজনা; শকলক্লে ইংশ মুংশি মুংশিনা;
হৌখিবা ব্রজগী রস পুম্বা ॥
ধাকিটি কিটি কিটিয়া থৈয়া; তাকিটি কিটি কিটিয়া থৈয়া;
তা তা থৈয়া থৈয়া হায়না ॥
তেরে কেটে থৈয়া; তেরেখিতিতা; তাতা থৈয়া তাথৈয়া
পাপ তাপ তাম্বোক্লনা।
কনিজিবগী পাপ তাপ কোকপিগে হায়না ॥

## যতি—তাল

সঙ্কীর্ত্তন ময়াইদা জগোই শারে গৌর শামুনা চৎপগুম্মা।
অওকপনি; ভাবনা থৌগল্লবা ॥

## তাল লোফা

১। মতমসিদা শ্রীরূপ। ইবা চিঠি অম্মা থারকই।
২। ব্রজদগী লম্বোইবা অনি থুনা য়াংনা লাক্লনা থুংলই ॥
৩। প্রভুনা হুংই করম তৌরি মধুর বৃন্দাবন্দো।
৪। অনিনা খুমই ক্নায়া মুংঙায়রি নঙ্গী বৃন্দাবন্দো ॥
৫। তারগা প্রভুনা হন্না হন্না হুংলকই।
১। গৌরবু নিংশিংদুনা; অহিং মুংখিদা; ওরে বৃন্দাবন্দা।

২। চিঠি কংলগা খুরুমজরিং খুরুমলগা খুৎলোম্নজরিং
গৌরগী মাংদা লৈজহনা।
মনাইগী চিঠি পাবগা নুংশিনা চুপলগা
চিঠী পুরকপা ব্রজবাসিবু হেজেনো কোলবিরেং
ব্রজবাসি অনিহুবুং শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভুনাং
হল্লাওনা তল্লাম্না নুংশিনা চেশিন্দুনাং
চেজেংনা কোলবিরে ।।

৩। ব্রজগী পাওম্মুনেং ওহে ব্রজবাসিং
ঐবুদি নখোই অনিদা হেল্লিনে।
ঐদি ব্রজবাসি মিংথোনকংদেনেং
ব্রজপামহুনা লম্বোইরিবনি ।।

৪। নঙ্গী বৃন্দাবন্দো প্রভু ফজবা ওমথৈ লৈত্তেনেং
হৈপাল লৈপান্না থল্লিনেং
শ্রীরাধা শ্যামনা জয় ওইরি হায়না নুংশিনা শকইনেং
উশাদা তোংহনা চোংওা তেনবানাং
মশা ফদোক্লুনা বাহোং জগোই শারিনে,
হৈনো মশাদা তোংহনা কোকিন্নাং
কুহুকুহু নুংশিনা খোংইনে।
লৈহিপান্বা খোইমুশিংনা লৈকাদাং
তোংহনা নুংশিনা ওংইনে ।।

৫। বৃন্দবনগী শা উচেক পুংবা পুংবাং
নুংঙাইবা ওমথৈ লৈত্তেনেং

## থুংঙরি

তাবিয়ু প্রভু ব্রজগী মঙ্গল ওইবা।
ঋতুনা থোগল্লিনেঃ মুমিং খুদিং ঋতু তরুক্কা ।।

নঙগী পামজবা বৃন্দাবনদো; ফজরবা লৈগী বননিঃ
সনাতননা রূপকা লোইননা লৈহৌই ।

পুংবা পুংবা লৈহৌই; বৃন্দাবনগী মা উচেক;
মচিন মনাওসু মুংঙাইনা লৈহৌই ।।

কৃষ্ণগী নাম তত্তনা শোল্লিঃ উখোংদা ফমই মচিন মনাও;
হাগৌরঙ্গ তোইনা তোইনা শোল্লি।

মুংঙাইনা মতম লেল্লিনেঃ হরি নাম শক শোন্দনাঃ
চাবা তুম্বা লৈতনা মুংঙাইনা লেল্লি ।।

চাগনি খংদে থক্কনি খংদে; অহিং মুংথিন অনিমক্তা,
অরাবা খংদনা হরিগী নাম শোল্লিনে।।

রাবি :— মনাই ব্রজবাসি অনি অদো চাঙবিত্নুনা বিদায় পিরে।
প্রভুনা খল্লি ঐনা বৃন্দবন চৎপদা অমুক্তা য়োবা ঙমদে ।।
ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা ঙাংনৈ, নিত্যানন্দগী থৌজাল লৈত্রবদি ব জ
ফ বা ঙমদে, কৃষ্ণ ভজন ঙমদে,
খন্দুনা লেংলক্নে নিত্যইগী নাক্তা ।।

## তেউৎ

পিনবিয়ু দাদা নিত্যাই নংনা ঐবু ব্রজ ফংহলবিয়ু।
কনা অমত্তা হায়দে কপিগন্নু; অরোনবা বাসিবু ॥
ইমাবুতাহলবিন্নু গৌরগা বৃন্দাবন চৎপা ইমা য়াম্না বাগনি।
তারবদি চৎহল্লোইনে; ঐনা নিংজবা পুম্বা থুংজরোইনে॥
মরোল্ল অহুমদগী তাংলবা বৃন্দাবন্নি শ্রীরাধা কৃষ্ণগী শান্নকন্নি।
মাগী মগুন শক শোনবদা লোইবা ঙমলোইদবনি॥
ব্রজবু উজবা নত্তনা লৈঙমদ্রে থম্মোই পুবা ঙমদ্রবনি।
করম্না খাংক্নুনা লৈসিগে দাদানা অমুক্তা চালবিয়ুনে॥

## থুংঙরি

শ্রী নিত্যাইনা হায়রকই ঐস্নু চৎকনি;
প্রভুনা খুমলকই নংবুদি পুরোই।
নংবুউদবা লৈজবা ঙমদে; নিত্যাই হায়রকই ঐস্নু চৎকনি॥
হুংশিবালাপ্পবা লৈজবা ঙমদে;
পান্নুবা থাপনবা খাংজবা ঙমদে।
ইবুংঙো নবুক ফংতদা ত্রেতা যুক্তা,
নয়াম্বা ঐবু ননাও লক্ষন ওই হল্লেদো॥
কোক্তা জটা খাংদা উকু নজদা তেন্দোং;
খুত্তা লিরু যোগি ওইদুনা।
তংথৌ মতোন্দা পকপা লীকলা কাওবাং

চাদ থক্কনা চহি তরামরি চুপ্পা ।
শীতাউন্ধাক্সী চৎপদা লৈহৌ হাঁক্রগাঃ
হৌজিক নংনা চৎপদা ঐস্মু চৎকনি ॥
দ্বাপুর যুক্তা নংনা ওম্বু নয়াম্বা ওইনা পোকহল্লেং
ব্রজগী লীলা পুম্বা শান্নরে ।
পুরলীলাগীদমক অক্রুরগী দলাই থক্তা
য়েত্তাঃ কম্বদো কাউরবরা লৈহৌ হায়দরে ॥
হৌজিক অরোইবা কলি যুগসিদা লৈহৌবা ওমলোইঃ
নংনা চৎপদা ঐস্মু চৎকনি ।

বারিঃ-য়াম্মুনা হরি সঙ্কীর্ত্তন তৌকুনা ভক্তশিঙ্গা জিবা লালবিহৌরো ।
মীয়াম চৎপা অকবা ওইদে পুকচেল তিম্নদে থবক পাংদে ॥
অভাংদগী চণ্ডাল ফাওবা য়ুমথোং খুদিং প্রেম পিনবিরুগে ।
ইচিন ইনাও পুম্নলপ চৎলবদি ভক্তশিংঃ
য়াম্মা বারগনি ননাওবু চানবিয়ু ॥
ঈশ্বরগী ওম্বা শক্তিনা নিতাইদগী বিদায় লৌখরে ॥

লমন শিংলমলবরা নহাক

ইবেম্মা রাধাগী প্রেমগী ললবু পুশিল্লমলগা ।
ওমত্রগা হায়জোঃ শিংবা ওমত্রগা মিনাই ওইজরু ॥
ধীর নায়িকা প্রেমপুর্ন্নিতা ইবেম্মা রাধাগীঃ
শিংবাওমত্রগা চৎলো চৎলো ব্রজবৃন্দবন্দাঃ

শিংবা ওনথ্রগা মিনাই ওইজরু।
অসিগুম্বা য়াথংনা বিদায় ওইদুনা;
ঈশ্বরগী হৌনশা কনা য়াওদনা বৃন্দাবন যাত্রা তৌরকলে;

অসুম্না প্রভু লেংশ্রবদা ভক্তপুম্বা কপনথরে।
কৃষ্ণদাস এবুদি প্রভুনা চালাবরমদরে॥
ভক্তপুম্বদি চালবিখরে তোল্লবা ইথন্না লৈহৌরে।

## লোক।

মানা পামজবা বৃন্দাবন্দা লেংলক্রে গৌরহরি।
হরি হরি শোল্লি পাম্বোম বাংনা থাঙ্গৎলি॥
পঙ্গানা ইহৌরকপগুম পিরাং তজনা শিন্থরি।
উরগা নিংশিংলক্লনা লৈমাই থক্তা রান্থরি॥
উরগা প্রভুবু কোকিল্লা পঞ্চম স্বরদা খোংই।
করিগী লাকলিবনোনেঃ হাংলবা বন অসিদা॥
শ্রীনন্দগী মচা কৃষ্ণ লৈতবনা পুম্মমনলেদা।
কোকিলসু খোংলি অক্রুরনা কৃষ্ণবু মধুপুরদা পুথ্র॥
তারগা অঙাউবা ওইরে ব্রজগী কায়ন মৈচাক্তা লুপথ্রে।
কাংথাম্মদ থরাই কল্লদ অক্রুর মাইথোং থাজ য়েংজথিগে॥
মিম্না থম্বান্দা প্রেমগী ইথক হৌদুনা য়েংদুনা লৈখরে।

## তুইটেকা—তালথা অনি

কায়ন মৈচাক থাংঙমদরে করিগী খোংলি কোকিলনংনা।
নংনা করি মুংঙাইদুনা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোল্লিবা তোইনা॥
কুহ কুহ খোঙবা তাবদা থরাইসে পুবা ঙমদরেনে ।
শ্যামগী মনাইওজবা প্রেমগী ইনাক খুনবা ওইদুনা মুংঙ,ইজবা
পোকপদগী রারবা রাধা লাইবক থীব.,
ওইবে ব্রজগোপীশিঙ্গা মমুংদা॥

## বিষম

ঐবু হুদোক পিরমলেঃ শ্যাম শকহেলবনা
বৃজগী থাজনাঃ কায়না মৈনা চাক্রে॥
আহা মরি যায়বে॥

## কাটা সমতাল

বনসে পুমনিল নিলাখ্রে শ্যাম্না মধুপুরদা চংখ্রে হায়না।
কোকিল নঙ্গা পঞ্চম স্বরনা ঐগী থরাই মঙা পুখরেনা॥
খোংগন্নু কোকিল নঙ্গী খোম্মাক্না ঐগী থরাই চাকলেনে

## থুংঙরি—তালচপ

চাক্লে চাক্লে চাক্লেং চাক্লিবা মৈদা খি হৈবিরম্নে।
অরাংবা উশাদা তোংত্না অর়াবা মৈচাকসে হাপিরম্নে॥
খোংগম্ ২ কোকিল নঙ্গী খোম্থোক তাবদা;
থরাইসে চাকলেনে।

## এক তাল—তাল অমা

শু মগা কায়নরবী মৈচাক থোইনা হেল্লেং
মুংঙাইরবা মতমসিদা।
মৈচাকসে অমুক হাপীরগম্॥
পোকপদগী রারবী লাইরবী রাধানেং
ব্রজ গোপীশিঙ্গী মরক্তা॥
কৃষ্ণ কৌবা লন; কংবা উমজব্রবী;
মচংফত্রবী শকথীবিনী।
হা ইবুংঙো গোকুলগী থাজ মাইগৈ তরাসে মমখরেং
অমুক্তদি ঙালবিয়ুনে॥
হা গোবিন্দ মুরুলী খোংবা; লেংবির ক্রুনা থরাইদে কল বিয়ুনে
নঙ্গী নৌরবা শক্তমত্না॥

## ছটদশকুশ চারি তাল—তালথা মরি

ফুইনা নোংহৌ ভমজবা; হে থরাই মপুং
তোল্লবিনা কাউজবা ভমজদেনে।
অমুক্তা মাংদা লেপ্লিয়ু; নৌরবা শাঠেক অহুমা;
চুরা ওইদা চেপলপ পুনবা॥
চরন থক্তা চরন থমতুনা; চিনবান্দা মুরুলী খোংবা;
উহলবিয়ু ফজবা শক্তম।
নঙ্গী মাইথোং থাজ; মোমোন নোকপা মিনোক;
থোইদিং তথাই উদবা ভমজদে॥
নঙ্গী নিংথিবা মিংলেন; থম্মোইমুংদা ইরমলবদি;
নংবু তত্তনা উজবা ফংজগনি।
অমুক তাংলবা লনবু; পুবিথরে নোংদম্বনা;
হৌজিক ঐনা উজবা ফংজদরে॥

## ছোট খেলা

খল্লু খল্লুরগা প্রভু হন্না হন্না রাম্বে।
বৃন্দাবনগী মীয়াম পুম্বা শা উচেক চেলশিলকই॥
হরি হরি শোন্দুনা প্রভুবু তাহল্লি।
হরি নাম্বু তাবদা প্রভু লৌশিং তারকই॥
শ্রী হরি শোন্দুনা হৌগৎলে যমুনাদা ইরুজরে।
প্রভুগা লোয়ননা শামু ময়াম ইরোইজরেনে॥
প্রভুগা লোয়ননা ব্রাহ্মন অনি ইরুজরেনে।

কাখত্তুনা অকংবা কৌপিন বাহির বাসশেংলেংনে ॥
প্রভুগী ওকলবা লীলা হায়জবা ওমজদেনে ।
শ্রী কৃষ্ণচৈতন্য প্রভুগী চরন থবান্দা খুরুমজত্নুনা ॥
বৃন্দাবনগী লীলা শকচৈ তোল্লবা বাখ্যোষনা ॥
বারি :— অসুম্না লাকপনা শ্রী কুণ্ডগী চিংখৈ পাংবা
মদন সুখদা কুঞ্জদা রূপ সনাতন উনরে ।
হেক উনবদা মহোশাগী ওইবা ভাবতা চংখিত্নুনা
মবুংডোনা শ্রীরাধ গোবিন্দগী মশক ওইরে ॥
অনিনা শ্রীরূপ মঞ্জুরী শ্রীগুন মঞ্জুরী ওইত্নুনা প্রার্থনা কংলি ।

## প্রার্থনা—হাজবা

প্রান রাধে শ্রীগোবিন্দ অমুক্তদি চালবিয়ুনে ।
অনিগী নখোং থম্বান্দা কচ্চরি ঐগী থরাই মঙা ॥
ইম্মোকপিম্নু শ্রীচরনগী ননাই ওইনা থম্বিয়ু ।
মপোক মপোক খুদিংদা ননাই ওইনা লৈজগে ॥
পনবিয়ু নিজবসে পিনহৈবা অনিমক্তা ।
মপোক মপোক খুদিংদা প্রেমসেবা পিনবিয়ু ॥
ননাইশিংদা চলবিত্নুনা কুঞ্জগী সেবা ফংহলবিয়ু ।
যৌজান থৌরিনা ওকশমদা পুন্দুনা চরন নাক্তা চিংশিনবিয়ু ॥
তোল্লবা ধনঞ্জয়না হায়জে চরন কাউদবা পিনবিয়ু ।

লালসা নামপুন্ন

## বার মিশ্রি-রাগ খম্বাজ ঠাই কী
## থা ১২ গী রাগ মচা

### আস্থায়ী

১। র্স র্স নি ধ প — ধপ ধপ ধপ ধ
ত থ ন ন ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ

ধ প ধ প ধ প ধ প নি র্স
রি ঽ রি ঽ রি ঽ রি ঽ ন ঽ

র্স র্স র্স নি ধ — — — — —
অ রি না ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ

ধ ধ ধ ধ নি ধ প — — —
অ রি না ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ

প ধ নি ধ প র্ম গ রে — —
অরি ঽ ঽ না ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ

প প প ধ নি র্স — — — —
অরি রি না ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ

মথক্কী অসি ইশৈ হলবরোমদগী শকলরুগা
দোহ;ররোমদগী ওক্লুনা খুমগনি।

## অষ্টম ধ্রুবা শরুক

### রাগ

### ইশৈ শকপনা—অন্তরা অয়াংবা

২। 

| | | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| স | সে | স | রে | রে | রে | রে | রে | রে | রে |
| অ | রি | S | S | না | S | S | অ | রি | S |
| রে | স | রে | গ | ম | গ | রে | স | নি | ধপ |
| না | S | S | S | S | S | S | S | S | S |
| ধ | নি | স | — | স | স | স | নি | ধ | — |
| অ | রি | না | S | অ | রি | না | S | S | S |
| ধ | ধ | ধ | ধ | নি | ধ | প | – | — | — |
| অ | রি | না | S | S | S | S | S | S | S |
| প | ধ | নি | ধ | প | র্ম | গ | রে | — | — |
| অরি | S | S | S | S | S | S | S | S | S |
| প | প | প | ধ | নি | স | — | — | — | — |
| অ | রি | না | S | S | S | S | S | S | S |
| ধ | নি | প | ধ | নি | ধ | প | – | — | — |
| আ | S | S | S | S | আ | S | S | S | S |

মসি দোহারনা খুম্বা লোইরগা ইশৈ হল্লবনা

অমুক মথাগী অসি হলগনি মাতুদিঃ—

## রাগ

৩। র্স র্স র্রে র্গ র্ম র্প র্ম প — —
অ রি না ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ

অসিগা অন্ত রাগ শমজিন্নুদ্রনা লোইবা ফাওবা
হল্লগা দোহার লোমদা খুমলকপা মতমদা
পুঙ্গা লোইননা অলাপ লোইশিলগনি অদুদগী
তালগা লোইননা।

## আস্থায়ী

৪। সস। রে — গ —। ম — প —। — প প — প
ঋতু। ত ঽ ন ঽ। ঋ ঽ না ঽ। ঽ ত ধ ন ন
প ধপ স পম। গ রেমম গরে
ন ঽঽ ঽ ঽঽ। ঽ ঽঽঽ ঽঽ

মসি দোহার রোমদগী খুমলকপা মতমদা
পালানা য়েং ওইননা কোয়গনি অদুদগী
ইশৈ হলবা রোমদগী।

৫। রেগ। ম — — —। মগ রে গ ম গরে স স। রে — গ —
আরে। ও ঽ ঽ ঽ। ওঽ ও ঽ ঽ ঽঽ ঋতু। ত ঽ ন ঽ
অসি খুমলগা ইশৈ হলবনা

মর্ গ। প - - রেগ। ম - - -। ম গ রে গ ম গ রে স স

আরে। ও ঽ ঽ আরে। ও ঽ ঽ ঽ। ও ঽ ও ঽ ঽ ঽ ঽ ঋ তু

রে — গ —। মর্ — প

ত ঽ ন ঽ। ন ঽ ন

## অন্তরা - অবাংবা

নিধ নি সং - - সং সং নি - - নিসনি ধ নি স নি ধ প ধ

৬। অরি। না ঽ ঽ অরি। না ঽ ঽ ঽ ঽ। অ অ ঽ ঽ ঽ ঋ তু

মর্ — প —। ধ নি সং নি। ধ নি ধ প

তা ঽ ঽ ধ। না ঽ ঽ ঽ। আ ঽ ঽ আ

সং রে রে — — (১) সং সং রে গ ম প —

অ রি না ঽ ঽ। অ রি না ঽ ঽ ঽ ঽ (২)

মতেক (১) অমস্থং (২) অসি অন্তরাদা হঞ্জগনিঃ

অতুগা মতুংদা স্থায়ীগী শরুক অসি লোগনি।

৭। প প — প প। প ধ প স প ম। স রে গ ম গ রে স ম

ত থ ঽ ন ন। ন ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ। ঽ আ ঽ ঽ ঽ ঽ ঋ তু

রে — প —। ম — প —

ত ঽ ন ঽ। ন ঽ ন ঽ

অহুদগীদি মসিদা দ্রুত লয়দা; থুজিন্দুনা

হজিন্দুনা থাগনি॥

## বার মিশ্রি রাগ
### থা তরানিঘোইগী রাগ অচোবা
### বিলাবেল ঠাটকী রাগ জমা ভাত খণ্ডগী মতুংইন্না
### আলাপ—স্থায়ী

১। রে রে প - - ধ প ধ প ম রে - ম রে ম রে রে স - -
তা s না s s আ s s s আ s s আ s s s আ s s s

স নি ধ রে রে স - স নি ধ নি রে স রে — —
আ s s আ s s — তা s s s আ আ s s s

রে গ র্ম প ধ — নি ধ নি ধ প প ধপ ধ প ম
তা s s s s s আ s s s আ আ ss s s s

ম প ধ প ম রে
আ s s s s s

পালা স স হায়না ও গনি
আ s

### অন্তরা

২। ধ নি সং সং সং সং সং সং সং নি ধ - - ধ ধ ধ ধ ধ ধ ধ ধ
অ অ ঋ তু ত থ ন ন না s s s s s এ s রি s এ s রি s

ধ ধ নি স রেং — রেং সং — —
এ s s এ s — s s s s

অন্তুরা অসিদগী দোহার রোমদা খুম্বা হৌরগনি।
অতুগী মথংদা ইশ হলবরোমদা খুম্বা হৌগনি।
অনি শুরকপা খুম্বদা * সঁ নি ধ দগী অহলবা
অখুম্বা অনিনা পুন্না শকমিন্নতুনা মথাগী অসি তারগা
আলাপ লোইগনি।

৩। ধ নি ধ প — — প প ধ নি সঁ রেঁ রেঁ রেঁ – রেঁ গ রেঁ গ
আ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ত থ ন ন ম ন না আ ঽ আ ঽ ঽ ঽ
রেঁ স রেঁ রেঁ স রেঁ স রেঁ স নি স
ঽ ঽ ন ন না আ ঽ ঽ ঽ আ আ
নি ধ নি রেঁ গ রেঁ গ রেঁ রেঁ স —
ঽ ঽ ঽ ঽ আ ঽ ঽ ঽ আ ঽ ঽ

## স্থায়ী

৪। সঁ নি — — — ধ নি — ধ প – ম প ধ নি ধ
আ ঽ ঽ ঽ ঽ আ ঽ — ঽ আ ঽ আ ঽ আ ঽ আ ঽ

— — নি ধ নি ধ প — ধ প ধ প ম প ধ প ম প
ঽ ঽ আ ঽ আ ঽ আ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ আ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ

গ — ম — | প — প ধ নি | ধ — — —
আ ৪ ৪ ৪ | আ ৪ আ ৪ ৪ | আ ৪ ৪ ৪

৫। ধ নি | সঁ - - সঁ সঁ রেঁ সঁ | নি - - সঁ নি | ধ ধ নি সঁ নি নি
এ ৪ | হে - - এ ৪ ৪ ৪ | হে ৪ ৪ মরি | হা হা ৪ হা ৪ ৪
ধ নি ধ প
আ ৪ ৪ ৪

৬। সঁ সঁ | রেঁ গঁ মঁ পঁ - - পঁ ধ প ম | মঁ - - মঁ পঁ ম গ গ — —
এ ৪ | হে ৪ ৪ ৪ ৪ ৪ এ ৪ ৪ ৪ | হে ৪ ৪ এ ৪ ৪ ৪ হে ৪ ৪

গ ম প রে | রে - - রে গ রে রেঁ | স — — স রে স নি |
এ ৪ ৪ ৪ | হে ৪ ৪ এ ৪ ৪ ৪ | হে ৪ ৪ এ ৪ ৪ ৪ |
ধ নি স রে — স
এ ৪ ৪ ৪ ৪ এ

৭। মসি অশকপা অথুম্বা নাইনা শকলগা মথাগী অসিদা (দ্রুত লয়দা) অথুবদা লোইশিলগনি।

গ ম | প — — — | ম প ধ প ধ নি | ধ — —
আ ৪ | হা ৪ ৪ ৪ | আ ৪ ৪ ৪ ৪ ৪ | ৪ ৪ ৪

## অধিবাস পদ

জয় ওইরে জয় ওইরে গৌরা শ্রী শচী মপারি
শারকপা জগোঈনা জগৎ মঙ্গল পিবিরি ॥

১। অলঙ্কার ও কি আরে ২। শচীগী মপারি।
২। " " অওপানৈ নিংউদনা প্রেম পিনবিরি ॥

## যতি তাল=মাত্র ২৮

| যতি | | সম | বওদশকুশ<br>মধ্যম |
|---|---|---|---|
| ৪ | ৮ | ৮ | ৮ |
| ৩০০০ | ৪০০০০০০০ | ১০০০০০০০ | ২০০০০০০০ |

স স নি স ম ম ম — ম প প — প প স নি — — —
ও ও ও কি ই S আ S S S রে S আ আ S রে S S S

৩ ০ ০ ০ ৪ ০ ০
নি নি নি প প প প গম — — — রে
এ ও S জ য় ও S ইরে S S S এ

০ ০ ০ ০ ০
রে স রে স স নি স নি ম প ম
এ ऽ ऽ ऽ জ ऽ য় ঃ ও ই ऽ

১ ০০০০০০০ ২০০ ০০০০ ০
গম - - - গম প ধপ ধপ সস - - সরেস নি প - পধমপ
ঃ রে ऽ ঃ ऽ এ ঃ ऽ ऽ ऽ ঃ ऽ গো ঃ ঃ ऽ ऽ ऽ বা ऽ ऽ ঃ ऽ ঃ ঃ

৩ ০ ০ ০ ৪
প প প স স রে ম রে সনি —
আ ও ऽ ऽ শ্রী ঈ ऽ ऽ শ ঃ

০ ০ ০ ০ ০ ০ ০
ধ প ধ নি ধ প — — ধ প ম
ঙ্গ অ ऽ ঃ ঃ টী ঃ ঃ ঈ ऽ ঃ

১ ০ ০০০০০০ ২ ০০০০০০০
ম মম প ধ ম প ধপ ধপ ম — — - স — গ ম ম
ঈ অ ম ঃ ঃ পা ঃ ঃ ऽ ঃ ঃ রি ঃ ই ই ঃ ই ঃ ঈ

৩ ০ ০ ০ ৪ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০
ম ম নি নি স নি নিপ প গ ম ম ম ম স স প প গ ম
ঈ ঈ শা ঽ ঽ ঽ রক ঽ ঽ ঽ ঽ পা ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ

১ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ২ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০
ম – – – প প গ ম ম নি নি নি সনি স রেগ মগ রেগ রে স স
জ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ গোই ঽ ঽ না ঽ ঽ জ ঽ ঽ ঽ ঽ গং ঽ ঽ অ

৩ ০ ০ ০ ৪ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০
স স স নি — সরে রে স — — — রে রে নি নি নি
ঽ ম ঙ্গ ল ঽ ঽ ঽ পি বি য়ে ঽ ঽ ঽ এ এ এ ঽ ঽ

১ ০ ০ ০ ০ ০ ০
স স স নি স ম ম ম — ম ম প
এ অ ও ক প নি ঽ আ ঽ আ ঽ ঽ

২ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০
প — প প স নি — — —
রে ঽ আ আ ঽ রে ঽ ঽ ঽ

৩ ০ ০ ০ ৪
নি নি নি প প মপ গ ম
এ ও ঽ জ ঽ ওঽ ই রে

৪ ০ ০ ০
নি — ধ প ধ নি ধ প
অলঙ্কার ১ :— মানা ঽ আ আ ঽ ঽ ঽ ঽ

০ ০ ০ ০ ১ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০
প ধ নি স স নিধ পধ মপ রে প - প - ধ ধ প নি ধ প
ও ঽ ঽ ঽ জয় ওইরে জয় ওইরে ঽ এ ঽ এ ঽ এ ঽ ঽ এ ঽ ঽ ঽ

২ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০
প প ধ ম প ধ নি স নি প প প নি স — —
এ ঽ ঽ গো ঽ ঽ ঽ ঽ রা ঽ শচীগী মপারি ঽ

৩ ০ ০ ০ ৪ ০ ০ ০
ম — নি ধ নি স স স নি ধ নি ধ সনি ধ প
ঽ মপারি জ য় ও ই ঽ ঽ ঽ ঽ রে হে দে

০ ০ ০ ০
প — নি — স নি — — ধ প ধ ম
ও S S ঃ জ য় ও ই রে জ রে ও ই রে

১ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০
প প প — প — ধ নি ধ প নি ধ প
S এ ঃ এ S এ ঃ ঃ এ ঃ S ঃ

অলঙ্কার ২ শুবা

০ ০ ০ ০ ১ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০
ম ম ম প রে গ রে স রে — — — — — রে ম গ রে গ ম গ
অ ঙ ক প নি ঃ ঃ নিংউ উ ঃ ঃ ঃ S উ S S ঃ S S S

২ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০ ০
রি — রে — — রে স রে গ রে ম ম
উ ঃ উ ঃ উ S ঃ উ ঃ S উ দ না

০ — ০
রে গ ম প ম গ
প্রে S S ঃ S মা

৪ ০ ০ ০
রে রে গ রে স রে স নি ধ প
পি বি S ঃ রে হে দে S ঃ ঃ

০ ০ ০ ০ ১
প় ধ় নি় স় নি নি ধ ধ প ধ ম প
ও ঽ ঽ ঽ জ য় ও ই রে জ য় ও ই রে

অলঙ্কার অনি অসি ২। ২ বক্তং থেত্তুনা হল্লগা অত্তুদগী অলঙ্কার অনিসিগা লোইননা (দ্রুতসয়দা) অথুবদা পুসিন্দুনা হান্নগী (ঘরমাত্রদ) চেউদা শমদা থাগনি। অত্তুগী মথংদা মধ্যম দশ কুশী অত্তুদগী ছোট দশকুশী তালদা জয়রে জয়রে গুরা শ্রী শচী মপারি শরুনি।

## বারমিশ্র রাগ—থা ১২ গী রাগ মচা
## খম্বাজ ঠাটকী রাগ অমা

১। সঁ সঁ নি ধপ ধপ ধ স স — স স নি
ত থ ন ন ঝঽ ঽ ঽ ন ঽ অ ঝ ন
নি স নি ধ — ধ ধ
ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ অ ঝ

ধ ধ নি ধ প — পপ পধ নি সঁ — —
ন ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ অঝ ঽঽ ঽ ঽ ঽ ঽ
স নি ধপ মগ রে — — রে গ
ন ঽ ঽঽ ঽঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ

প প — প ধ নিস ধ — পধ নিধ প —

অ ঋ ঽ ন ঽ ঽঽ ঽ ঽ ঽঽ ঽঽ ঽ ঽ

২। সং সং সংরে সংরে রেগ রে রে রে রেস

অ ঋ ঽ ন ঽ ঽ ঽ অ ঋ ন, ঽ

রেগ মগ রেস সরে সনি ধপ

ঽঽ ঽঽ ঽঽ ঽঽ ঽঽ ঽঽ

ধ প — নি ধ সং সং — সং সং নি

ঽ ঽ ঽ ঋ ঽ ন ঽ অ ঋ ন

নি সং নি ধ — ধ ধ ধ ধ নি ধ

ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ অ ঋ ন ঽ ঽ ঽ

প — প প প ধ নি স — —

ঽ ঽ অ ঋ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ

সং নি ধ প ম গ রে — — রেগ প প

ন ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽঽ অ ঋ

রে গ ম গ   রে স রে – –
s s ঃ ও   ঋ তু ত ঃ ঃ
+

৬। নি ধ নি স – – র্স র্প নি – –
অ ঋ ন ঃ ঃ অ ঋ ন ঃ ঃ

নি র্স নি ধ ধ নি র্স নি ধ   পধ নি প
ঃ ঃ ঃ ও ঃ ঃ ঃ ঃ   ঋতু ত ঃ
+

ধ নি স নি ধ প ধ নি ধ প
ন ঃ ঃ ঃ ঃ ঃ ঃ ঃ ঃ ঃ
+

৭। র্স র্স রে রে – – – – – – ধ নি র্স – –
অ ঋ ন ঃ ঃ ঃ ঃ ঃ ঃ অ ঋ ন ঃ ঃ
+

র্স র্স র্রে র্গ র্ম র্প
অ ঋ ন ঃ ঃ ঃ

— — — ম — গ রেগরে সরে রে
ঽ ঽ ঽ ও — ঽ ঽঽঽ অ ঋ ন
+

— — — — — — ধ নি স
ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ অ ঋ ন
+

— — র্স র্স নি — — নিসনিধ ধ
ঽ ঽ অ ঋ ন ঽ ঽ ঽঽঽ. ও
নিসনি ধ পধ
ঽঽঽ ঽ ঋতু

মপ ধনি সনি ধ পধনিধ প
তঽ নঽ ঽঽ ঽ ঽঽঽঽ ঽ
+

৮। মপ পপপ পধপমমপমগ বেগমগ
— তথ ননন ঽঽ-ঽওঽ ঽঽঽ ঽঽ ঽঽ
+ +

রে সরে — গসগম
ঋ তু ত ঽ ন ঽ ন
+

## রাগ

## বার মিশ্রি রাগ—থা ১২ গী রাগ অচৌবা বিলাবল ঠাটকী—ভাত খণ্ডুগী মত।

১। রেপ —ধপ মরে —গরে গরে স —
তন ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ

গরেস স — — সনিসরে
ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ত ঽ ঽ

রেসরে— রেগ মপ ধঽঽঽ — —
ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽঽঽঽ ঽ ঽ

নিস প— ধপ ম মমপ মপ ধপ
ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ

ম — রে — ০ ন ঽ
ঽ ঽ ঽ ঽ

২। পমপস সস — — — — — —
এঽঽঽ ঋতু তথননন ন

র্সনি র্সনি ধ— নিধ নিধ
নও ঽঽ ন ঽ ঽ ঽ ঋএ

## রাগ

— ধ ধনিধ ধ — — ধপম ম ধ প
ঽ ঽ ঽঽঽ ঽ ঽ ঽ ঽঽ আ ঽ ঽ
+ +

ম প ধ প ম গ — ম — প —
ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ
+

প নি — প — — —।
ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ
+

৪। ধ স স — — — — স স রে গ রে স
এ ঽ হে ঽ ঽ ঽ ঽ এ ঽ ঽ ঽ ঽ
+ +

নি — — — — নি সঁ সঁ নি ধ নি ধ —
হে ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ম রি হা ঽ ঽ
+ + +

নিধনি ধ নি — ধ প
ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ
+

## রাগ

৫। ধ স স — — — — — স প রে
এ ঃ হে ঃ ঃ ঃ ঃ ঃ এ ৎ
+ +

রে — — সঁ — রেঁ গঁ মঁ প
হে ঃ ঃ এ ৎ হে ঃ ঃ ঃ
+ +

— — ধ প ম — — পঁ মঁ গঁ — — মঁ গঁ রঁ
ঃ ঃ এ হে ঃ ঃ এ ঃ হে ঃ ঃ এ ঃ হে
+ + +

— — গঁ রেঁ সঁ — — রে স নি —
ঃ ঃ এ ঃ হে ঃ ঃ এ ঃ হে ঃ
+ +

নিঁ সঁ রেঁ গঁ সঁ — —
এ ঃ ঃ ঃ ঃ ঃ ঃ
+

৬। ধ সঁ স — — — — — স সঁ রে স নি — — — — নিঁ সঁ
এ ঃ হে ঃ ঃ ঃ ঃ ঃ এ ঃ ঃ ঃ হে ঃ ঃ ঃ ঃ ঃ ঃ
+ +

সনি ধ নিস — নিসনি ধনি — ধপ —
মার হা ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ
+ +

৭। ম প — — — ধ প ম — ধ — প
আ হা ঽ ঽ ঽ আ ঽ হা ঽ ঽ ঽ ঽ
+ +
— ধনি — প — —।
ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ ঽ
+

## রাগগী নৈনবা

গীত নৃত্য বাদ্য ঈশৈনে জগোইনে পুংনে পুনবর সঙ্গীৎ কৌই। কনা অমনা হায় ঈশৈগা পুঙ্গা পুল্লবদি সঙ্গীৎ কৌই হায়নৈ॥ সঙ্গীতকা মগুন্দি মী লাইনচিংব জিব পুম্নমক্কী পুক্লিং চিংবা ঙমই। পত্র কৌমুদি শাস্ত্রদা সঙ্গীৎকী মরম হায়রি। ১। সংপদার্থ ২। জিতাক্ষর ৩। মেধা ৪। রাস ৫। জ্ঞান ৬। মধুরস্বর ধীরভক্তিমান। ১। অরেম্বা পোৎশক, ২। ময়েক পুম্নমক ঙম্বা ৩। থৌনা ফবা ৪। জগোই হৈবা নুংঙাইবা ৫। পুম্নমক খংবা ৬। নুংশিবা খোন্থোক ৭। তম্বা নোল্লম্বা তরেৎ-অসি সঙ্গীত্তা পুনগদবানি। ইশৈ শকপগী খোন্থোক্কা রাগ হৌগদবনি হুঁ অ. রি. তা, না, ময়েক ৪ সিনা ওন্ন ওন্ন হৌগনিঃ ময়েক ৪সি লাই-মরিনী। আ, গনেষনি রি, বিষ্ণুনি তা ব্রহ্মানি না মহাদেবনি॥ অসি তাবদা পুম্নমক্কা পামনৈ হায়রুনা রাগ কৌই সঙ্গীত দামোদর

লাইরিকনসু হায়রি। মসি শিবদা নারদনা ইশৈ তম্বা কা দ. হায়বিঃ রাগ (পুরুষ) নিপা ৬ নি (রাগীনীনা) রাগ মুপীনা ৩৬ নি। সনজিঙ্গী অকোঙ্গবদা রাগগী লৈফম্নি। ব্রহ্মানা মখোইদা য়াথং পিখি। শ্রীকৃষ্ণনা রাস শান্নবগনি গোপীলিশিং ১৬ না কৃষ্ণদা মাগী মাগী রাগ অমমম কংলগনি। মরম অদুদগী রাগ রাগিনা লিশিং ১৬ না স্বর্গ মর্ত্ত পাতান্দা লৈখি। পুংযাওদনদি সঙ্কীর্ত্তন মপুং ওইদে, মরম অদুদগী (রসজ্ঞ) রস খংলবা পণ্ডিংশিংনা পুংবু মঙ্গলবাদ্য কৌই। য়াইফ খোম্থোক কৌই। সঙ্গীৎশাস্ত্রদা বাদ্য হায়বসি মখন ৪ নি তত. আনদ্ধ. শুষির. ঘন. ৪ অসিনি। বীনানচিংবা যন্ত্রগা যন্ত্রগা তিন্নদুনা খোংবা অদুবু তওবাদ্য-(তারাবাদ্য) কৌই। মমাইদা সউন্না মেনবা খুংনা য়ৈবা পাখাজ খোল তবলনচিংববু আনদ্ধ কৌই। বাশিনচিংবা চিন্না চুপ্পুনা খোংবা যন্ত্রবু শুষিরবাদ্য কৌই। কংশি করতাল মঞ্জিরানচিংববু ঘন বাদ্য কৌই। মুংঙাইবগী মখন অনি থোকই; মর্দ্দলাখ্য কৌবা অমা মৃদঙ্গখং কৌবা অমা। (আনদ্ধপ্রভেদ) বাদ্যযন্ত্র পুম্নমক্কুগী মর্দ্দল বাদ্যগা তিন্নবগা কজবা হেল্লি শাস্ত্রনা লাওবি। পুং হায়বা যন্ত্রসে ব্রহ্মানা শেম্বদগী মানা মাহাল্লে। অয়াম্বা মঙ্গলনা তিলবা য়াম্না মুংশিবনি। স্কন্ধ পুরান্দা ব্রহ্মান্ডগী মুমিং থা লেংঙি। কল্প তং না ব্রহ্মাগী থা অমনি থা কাগদবা কল্প ১ রাংপা ২৯ শুবা মহেশ্বর কৌবা কলপদা মাহাদেবনা ত্রিপুর হিংচাবা হাংলি। অদুনা ত্রিপুরারি কৌই। মহাদেববু। হিংচাবা অদু শিবদা লাই পুম্নমক্না মুংঙাইগ্রদুনা জগোই শাই। তাল য়াওদে মহে-মহে পংসা সানবে মাদু উবদা ব্রহ্মানা লৈপাক্না পুং ১ শারগা গনেশদাপিরে। গনেশনা পুং অদু

য়ৈবদা লাইশিং অদু তাল নাইনা ফজনা হরাওনা জগোই শারি। লৈপাক্লা শাই হায়তুনা মৃদঙ্গ কৌখি যন্ত্র পুম্নমক্কী মকোক্তি পুংনি। ম'স সত্য ত্রেতা দ্বাপর যুক্তা চংনরমই। অদুদগী দ্বাপুরগী মমৈদা কায়মল্লি হায়তুনা উনা শানগ্রে অদুন হৌজিক কাওবা শান্নরি চংনরি অসুম্বা সঙ্কীত্তনিনি।

পত্র কৌমুদিদা সঙ্গীংকী দোস হায়রি :— ময়েক ৱাংপা হেন্দোকপা অনেম-অৱাং শেয়বা মানা শ কলিবদো ৱাহৈ খুদিংগী ইবুংঙোবু চৈবনি। অদুগা (অজিতাক্ষর) ময়েক ৱাংপা হেন্দোক হেল্লিন তৌবনা মপোক অমদা ক্কাক ওইনা পোকই। ৱাগ কায়বনা অঙ্গহীন মমিং তাংবা মখোং মখুং তেকপাগুম্না দাক লৈ। রস কায়বনা উৎ ওইনা পোকই। ভঞ্জন কায়বনা পাঙন ওইনা পোকই। তা হায়বা অসিনা পুর্ব্ব রাগ পুরুষনি। রি হায়বা অসিনা পুব্ব রাগিনীনি। তা রি হায়বা অসিনা হ্রস্ব. দীর্ঘ প্লুত ৩ অসিদা রাগ হৌগদবনি; অমেম্বা অৱাংবা ময়াই মান্নবা অসিনা। হ্রস্ব; স্বরদ অনেম্বদা কায়রগা মঢা মখোং মখুং বেড়া তৌনা পোকই। দীর্ঘ স্বরদা অৱাংবদা কায়রগা মশুদা পাল্লি। প্লুত স্বরদা ময়াইদা কায়রগা মাশা পুন্সিংদ। সঙ্কীর্ত্তনগী গুনদি তারুগনি হায়তুনা য়ান হরাওনা লাকচৰা ময়ুমদগী খোংথাং থাংলিবা খুদিংদা শ্রী কৃষ্ণগী নাক্তা চংবনি। যাগ যজ্ঞনচিংবদগী য়াম্না হেল্লি সঙ্কীর্নেগী গুদি হায়বা লোইবা ঙমলোই। সঙ্কীর্ত্তনগী গুনবু শ্রী গুরু পরমানন্দনা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌদাসু তাকপিখি।

তাইবং মপু পোক্তবা শিদবা শ্রী হরিবগী চেন ফংবা হরিগী মনাক নকপদি প্রেম ভক্তিদনা ফংই। প্রেমদি সঙ্কীর্ত্তনা থুনা ফংই। সনা, রুপা, মনি, মুক্তা, যাগ, যজ্ঞ, ধ্যান, তপ, তৌবনদি প্রেম ভক্তি ফংবা য়ানা ফংই॥

## নারদা পুরান্না হায়রি।

১। কৃতে যন্ধায়াত বিষ্ণু ত্রেতায়াং যজতে মখৈ। দ্বাপুরে পরিচর্যায়াং কলৌতদ্ধরি কৃত্তনাং॥

২। হরের্নাম হরের্নাম হরের্নামৈব কেবলম। কলৌ নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব গতিরন্যথা॥

৩। তৃনাদপি সুনীচেন তবোরিব সহিষ্ণুনা। অমানিনা মানদেন কীর্ত্তনীয়ঃ সদা হরি॥

১। সত্যদা ধ্যান্না শ্রীহরি ফংই ত্রেতাদা যজ্ঞন হরি ফংই দ্বপরদা অর্চা পুজানা ফংই কলিদদি সঙ্কীর্ত্তন্না ফংই।

২। কলিদদি নাম শোনবা মিংথৈশকপদনা অথোইবনি অতৈ লৈতে অতৈ লৈতে অতৈ লৈতে হায়রি।

৩। নাপিগুম্না নোনবা উগুম্না খাংবা কলবগুম্না আশাউবা লৈতনা হরি নাম সঙ্কীর্ত্তন তৌগনি। হরি শোল্লু হরি শোল্লু হরি শোল্লু॥

## মনিপুর মনোহরসাই ইশৈ শৈশক মরিনী।

১। **মনোহর সাই :–** কৃষ্ণ কমল গোস্বামিনা রাই উম্মাদিনী স্বপ্ন বিলাসদা শকপ্নরমই। বিদ্যাপতি চণ্ডিদাসনচিংবা উত্তর বাঙ্গদা শ্রীনিবাস চার্য্যনা শকনরমই। রাঢ় দেশদা পরগনাদা কাঁদর গ্রামদা জ্ঞানদাস রঘুনন্দনচিংবা কীর্ত্তনীয়াঃ বীরভুম ময়নদন্দা লুনা তৌমখি।

২। **গড়ের হাটি :–** খেতুরী গ্রামদা শ্রীনরোত্তম ঠাকুর মাহাশয়না তাল অচৌবনচিংবা শকনরমই।

৩। **রেনেটি :–** বর্দ্ধমান জিলা রানী হাটি পরগননচিংবা মকমদা শ্রীশ্যামানন্দ মাগী শিষ্য বিপ্রদা ঘোষনচিংবা তাল মচা ঠংগুরিনচিংবা শকই।

৪। **মন্দারিনী :–** অতপ্পা মমৈ নম্নথবা শৈশকনচিংবানি। শকনরিবা ইশৈ অয়াম্বা শ্রীনিবাসচার্য্য ঠাকুরনা সঙ্গীৎ কালা বিদ্যা হৌদোক্লনা শকপিরমই। ঈশৈ শৈশক পুম্নমকসি করিগুম্বদা ঐখোইগী মনিপুরদা শৈশক অমত্তদা পালা কীর্ত্তন্দা লোইনা শুনা শকপা য়াওই।

শ্রী ধনঞ্জয় সিংহ।

নিংথৌরোন :—

৩৮। মনিপুরদা সঙ্কীর্ত্তন হৌখিবা :—

মৈতিংঙো ক্যাম্বা স্না হাতক্পা শক ১৩৮৯-১৪৩০ খৃঃ ১৪৬৭-১৫০৮ চহি ৪১ পানখি। শক ১৪৭০ শুবদা পোংনিংথৌ খিকখোম্বনা স্নাকাগোক্পা হাপতুনা শ্রীবিষ্ণু পুবকই শ্রীবিষ্ণুপুজা তৌই সঙ্কীর্ত্তন য়াওনা।

৫৯। শ্রীগম্ভিরসিংহ :-

৬০। শ্রী চন্দ্রকৃর্ত্তি নিংথৌ=শক ১৭৫৬=খৃ° ১৮৩৪—১৮৪৪—চহি ১০ পানবা ৬১। নরসিংহ ৬২। দেবন্দ্র ৬৩। চন্দ্রকৃর্ত্তি অমুক পানবা।

মীরৈবাক্তগী ওঝা কৌথোক্লুনা তম্বা।

১। ৺পূজ্য পাদ ব্রহ্মানন্দ গোস্বামি।

২। ৺পূজ্য পাদ গোরাচাঁন্দ গোস্বামি ঈশৈগী ওঝা

৩। ৺ক্ষেত্র মুহন গোস্বামি

৪। ৺বেনী ওঝা .. .. ..

৫। ৺হারু ওঝা .. ... ... পুঙ্গী ওঝা

৬। ৺মাখন ওঝা ... ... ..

## শিষ্য

১। শ্রী নাম্বম ৺ খোংলেন সিংহ
২। পোরোমপাং মাইবম ৺ ইবোহন সিংহ
৩। শ্রী চিংডাখন ৺ মেরা সিংহ
৪। ঠাকুর ৺ রেবতি শর্ম্ম
৫। হাওবম ৺ থুমঙ্গাও পুরেল সিংহ

মসিগী মথক্তা ওঝাশিং কয়া লৈত্রে ওঝাশিংনা নিথিনা ভমহৌতুনা হৌজিক ফাওবা লৈরিবসিনা।

মুংতিগী সঙ্কীর্ত্তনা সন্ধ্যা আরতি ভত্তুনা কংলি পুজা তৌই।

**সঙ্কীর্ত্তন মওংদি :-** কোয়েং য়াওদে খ্বাংয়েং য়াওদে ফি অমা য়াল্লি ইল্লি। মনোহরসাগী মওংনি মনোহরসাইনি বঙ্গলা কীর্ত্তন্নি বঙ্গদেশদগী মীনা হৌদোকই হায়তুনা বঙ্গদেশ পালা লৈবাকচাবা কৌরিবসিনী। মতমগী মতুং ইন্না ফিজেং লৈতেং করতাল পুং শৈশক শৈদা মথং মথং মৈতৈ ঐখোইগী চুনবা মওংদা অরিবা অনৌবা (নট কীর্ত্তন) খোপ কীর্ত্তন অরেপ্পা অফব্বা শেমদোক্তুনা ফজনা চাউখত্নুনা লৈবাক পুম্নমা শংনরিবসিনী।

অহানবদা সঙ্কীর্ত্তন তৌবা সন্ধ্যা আরতিনচিংবা। নিংথৌ মন্ত্রি অওম অথৌ প্রজানা তৌরমই মথং মথং লাল থৌরমদা চংথরকই। খৎন চৈনবা ফম মুন্নবা নিংথৌ খুবম তান্নবা তৌই-রমই। থাং তা য়োংখোক্লা গদানা থাবদা চংদনবা কায়দনবা

কোংয়েং মচা, কোয়েং অচৌবা বরতাল খাংয়েং পুং ঈশৈ ছত্ত ঐখোয়গী চান্নবা মতম মতমগী নিংথৌ মন্ত্রি ওঝাশিং তান্নতুনা শেমদোকরকপনি। থোপ কীর্ত্তন অরেপ্পা অমনি অকন্বা।

ভক্তি মার্গদা:— কোয়েং অচৌবা লুকোকপনি

কোয়েং মথক্তা:— পেক্রক হাপ্পা শিক্কানি বেদ চংপনি

রাগানুগা ভক্তি মার্গদা:— বৈষ্ণব ধর্ম্মগী অয়োবা থাক্কী লাইনিং লম্বীগী খুদম্নি॥

## সঙ্কীর্ত্তন

শ্রীহরি তাইবং মপু পোক্তবা শিদবা ফংনবা লাইনিং লম্বীগী অয়োবা ভজনগী পন্থংফম্নি। গুরু বৈষ্ণবকী মশক ওইরিবী লাইরেম্বীগী মশক্তি লাইরেম্বা ফংননবা॥

কোয়েং, করতাল, মারি খ্বাংয়েং, লেংয়ান—কোকথুমফি শম, মায়োক থম্বাল লৈতেং, খ্বাংজেং নমখা—রাগানুগা বৈষ্ণব অয়োবা থাক্কী লাইনিং লম্বীগী খুদম্নি॥

শ্রী যুম্নাম ধনঞ্জয় সিংহ।

মথংদা মীরৈবাক্লো চত্তুনা তমল্লবা ওঝাশিং কয়া।

১। ওঝা ৺দামোদরদাস বাবাজী মাহাবলি মহন্ত।

২। ওঝা ৺নিলকমল সিংহ ৩। ওঝা তমান ৪। নোংমাইথেম ৺গোপালসিংহ ৫। নোংমাইথেম তোম্বা সিংহ।

১। সার শ্রী৺চুরাচান্দ মাহারাজ স্না হাতক্কী ওঝা

২। বুধচন্দ্র ৩। ওকেন্দ্র হান্তক

ঈশৈ

১। নিত্যাই পাং ৺স্নাখ্বা বলরাম শাবা

২। ওঝা রাজকুমার ৺ঝুলনস্না

ওঝা

৩। শ্রী লাইশ্রম ৺কুলবিধু সিংহ

ওঝা

৪। শ্রীলাইশ্রম ৺গোপাল সিংহ

৫। ওঝা শ্রী খাইদেম ৺নোংয়াই সিংহ

ওঝা

৬। শ্রী হোদাম ৺হেরা সিংহ

ওঝা

৭। শ্রী ঙাংবম ৺চাওবা সিংহ

ওঝা

৮। শ্রী মোইরাং ৺থৌ সিংহ

পুংয়ৈবা

১। শ্রী ওঝা ৺চন্দ্রহাস সিংহ

২। ওঝা শ্রী ৺রেবতী শর্ম্ম

৩। ওঝা শ্রী ৺তোলচৌ শর্ম্ম

ওঝা

৪। শ্রী হাওবম ৺পিতম্বর সিংহ সুবিদার মেঞ্জর।

৫। শ্রী ওঝা ৺শঙ্গাই সিংহ

৬। ওঝা নোংমাইথেম ৺শঙ্গাইনিংথৌ সিংহ

৭। ওঝা ৺ব্রজবিধু সিংহ

৮। ওঝা হাওবম ৺গোপালমচা সিংহ

| ঈশৈ | পুংয়েৰা |
|---|---|
| ৯। ওঝা শ্রী ভাঙো যোগিন্দ্র সিংহ | ৯। ওঝা ৺বিশ্বরূপ সিংহ |
| ১০। ওঝা শ্রী নাম্বম ৺পাকা সিংহ | ১০। ওঝা ৺ রাসবিহারি শর্ম্ম |
| ১১। ওঝা শ্রী নোংথোম্বম ৺য়াইদ্বী সিংহ | ১১। ওঝা ৺চন্দ্রবদন শর্ম্ম |
| ১২। শ্রী রাজকুমার সনামচা সিংহ | ১২। ওঝা ৺লক্ষণ সিংহ |
| ১৩। শ্রী লাইময়ুম লালবাবু শর্ম্ম | ১৩। শ্রী ওঝা নম্বোল তোচা সিংহ |
| ১৪। শ্রী ওঝা ৺পাকামচা সিংহ | ১৪। শ্রী লাইময়ুম কুঞ্জবাপু শর্ম্ম |
| ১৫। ওঝা শ্রী মাইস্নাম ৺কুল সিংহ | ১৫। শ্রী গৌরচন্দ্র শর্ম্ম |
| ১৬। শ্রী তোমচা শর্ম্ম | ১৬। শ্রী মধু সিংহ |
| ১৭। শ্রী ধনঞ্জয় সিংহ | ১৭। শ্রী কথবী সিংহ |
| ১৮। শ্রী নয়ন সিংহ | ১৮। শ্রী কুঞ্জ শর্ম্ম |
| ১৯। শ্রী বাগেন্দ্র শর্ম্ম | ১৯। শ্রী গৌর সিংহ |
| ২০। শ্রী অচৌ সিংহ | ২০। শ্রী গৌরকিশোর শর্ম্ম |
| ২১। শ্রী ব্রজচান্দ সিংহ | ২১। শ্রী গৌরমুহন সিংহ |

## শ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তন শৈরেং পরেং

### শ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তনাবলি

### ফোংখ্রবা

শ্রী হরি সঙ্কীর্ত্তন শৈরেং পরেং
অহানবা শরুক, ( শৈশক রাগ, ১৮ ) মমল লুপা ১৮/-

শ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তন শৈরেং পরেং
অনিশুবা ( শৈশক রাগ ৫৫ ) মমল লুপা ২০/-

### ফোংগদৌরিবা :—

১। ঐখোইগী মনিপুর —
২। মণিপুর বৃন্দাবন —
৩। মাম শৃঙ্খলা —
৪। শ্রীঅদ্বৈত ভোজন —
৫। গোষাঞি অচৌবা —
৬। তিন প্রভু —
৭। শ্রীশচী নন্দন নরসিংহ মাহারজগী ঈশৈ
৮। গম্ভিরসিং মাহারজগী ঈশৈ
৯। সমক্র পতন
১০। প্রবাস যজ্ঞ কুরুক্ষেত্র মিলন —
১১। জগাই মাধায় ( উদ্ধার ) লানবিবা —
১২। লালসা=পামজবা —
১৩। কলহান্তরিতা —